# অশিবগী লোন্‌বু
# অহিংবনা খঙ্‌বরা



সোনা

# লাইরিক অসিদা

খারী শৈরেং মরিথক য়াওরী—অহানবা শৈরেং মুরুলীগী থাথোক্তা গোপী প্রেমগী অঙকপা শক্তম উবীগনি। অনিশুবা—লাইগী পাও লাইবাওদা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্লবা মৈতৈ সমাজগী শক্তম অমা থেংনবীগনি। অহুমশুবা—অমৃত মন্থনগী তুংদা লাই হিংচাবশিংগী অফ-ফত্তা অনিগী য়েৎনবা উবীগনি। মরিশুবা—অশিবগী লোনবু অহিংবনা খঙবরাদা মনিপুরগী হৌজিক্কী তঙ্ তাদবা ফিভম মিহাৎ-মীপুন্না থনবা মীগী মমল লৈতবা অমদি শিগ্রবা মীদা মরাল থঙজিনবা চৎনবী থেংনবীগনি।

———————

# অশিবগী লোনবু

# অহিংবনা খণ্ড্বরা

সোনামনি সিংহ



রাইটর্স' ফোরম ইম্ফাল

**Ashibagi Lonbu Ahingbana Khaangbara by E. Sonamani Singh**
**—a Collection of Narrative Poems.**



কোংদোকচবী : এলাংবম কমলাসনা রাজকুমারী
রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগীদমক

কোপী রাইট—অইবা

অহানবা থুংনম— মে ১৯৯৩ ইং

কোপী—১০০০

মমল :—লুপা ৪৫.০০

নম্থবী :— সুচেত্তা প্রিন্টিং বার্কস
মৈহিরাংখোম লৈম্ফাওবুং ইম্ফাল

# বামাঙ য়ানবা

ইং ১৯৮৮ দগী ওসিকাওবদা ফোরমগী পান্দম মখাদা মেম্বর ২৫ দা লাইরিক ফোঙনবা শেলগী মতেং পীদুনা হৌজিক কাওবদা লাইরিক ২২ কোঙখ্রে। লাইরিক ঃ না হৌজিক প্রেসতা লৈরি। তোঙবা চহী থরগী মতম অসিদা পুন্না লাইরিক ২২ থক মনিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা হাপচিনবা ঙমজরে।

অইবা অমবু ময়াম চংদুনা মতেং পাংবা অরুম্বুং পঙজা লৈবা লাইরিক্ ফোঙবনা ফোরমগী মরু ওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী রাথল লৈতে। মতম পুন্নমক্তা অইবশিংনা মাইয়োক্নরিবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্যা অসি থরগী মখৈ মতেং পাংবা ঙমগদ্রা হায়দুনা অইবশিংগী মরুপ ( রাইটরস ফোরম ) অসি অইবশিং অমম্বুং সাহিত্যবু মুংশিবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা লিংখৎখিবনি।

শ্রী এলাংবম সোনামনি সিংহনা ইবা "অশিবগী লোনবু অহিংবনা খঙবরা' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসি ফোরমগী পান্দমদা ২৩ সুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী থুংতা শিন্নজরি।

দিলিপ ময়েংবম

জেনেরেল সেক্রেটরী

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল মে, ১৯৯৩ ইং

## রাইটর্স কোয়র্মা কোওলবা :-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | মপাল নাইদবসিদা | (শৈরেং) শ্রী বিরেন | ১৯৮৯ ইং |
| ২ | ময়াই কারবা শামু | (রারী মচা) রাজকুমার মনি | |
| ৩ | পোষ্ট মোর্টেম | (রারী মচা) টি, থোইবী দেবী | ১৯৯০ |
| ৪ | ঐখোয় য়ুমলোয়বা | (রারী মচা) কৈশাম প্রিয়োকুমার | |
| ৫ | ককথ্রবা কোকয়াম | (লীলা) জি, সি, তোংব্রা | |
| ৬ | মুমিত্তি অমুম থেঙজিল্লক্রী | (রারী মচা) য়ুম্লেম্বম ইবোমচা | |
| ৭ | ইম্ফালগী মৈ | (শৈরেং) কোনসম কুলধ্বজ | |
| ৮ | থয়োশংবী | (উপন্যাস) অরিবম চিত্রেশ্বর | ১৯৯১ |
| ৯ | উচেল [illegible] উচেকশিং | (শৈরেং) এম, বরকন্যা | |
| ১০ | সংস্কৃতিগী শক্লোন | (নৈনবা রারেং) ইঃ নীলকান্ত | |
| ১১ | [illegible]য়গী মৈরীবতী | (শৈরেং) রাজকুমার মধুবীর | |
| ১২ | | (শৈরেং) রাজকুমার ভুবনসনা | |
| ১৩ | কায়নথ্রবা পুন্সিগী ইচেল | (শৈরেং) এমঃ বিরমঙ্গল | |
| ১৪ | কল্লবা ইরৈদা অসুম | (শৈরেং) এসঃ ভানুমতি | |
| ১৫ | অকায়বা মিংশেলদা তাবা মমি | (শৈরেং) এমঃ ইবোমচা (ঈরৈ) | ১৯৯২ |
| ১৬ | জাতকী শৈরোল | (শৈরেং) বিঃ জয়ন্তকুমার | |
| ১৭ | ডাক্তর কমল মিংয়েং অমা | (নৈনবা রারেং) এসঃ ইন্দ্রজিৎ | |
| ১৮ | অমম্বদসু অঙানবদসু | (রারী মচা) বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম | |
| ১৯ | থোঙচং | (রারী মচা) বিস্বাবত্তি থুম্বোং ময়ুম | |
| ২০ | অহিংগী অমম্বসি কোক্লরোইদ্রা | (শৈরেং) দোনেশ্বর কোনসম | ১৯৯৩ |
| ২১ | আফ্রিকা | (শৈরেং) শরতচান্দ থিয়াম | |
| ২২ | পুন্সি [illegible] [illegible]জুংদা | (শৈরেং) সেরাম মঙ্গী | |
| ২৩ | [illegible] লোনবু [illegible]না থওবরা’ | (রারী শৈরেং) ইঃ সোনামনি | |

# য়াহৈ খরদং

য়ারী মচা অমা অনি ইজনীংই অহুবু শৈরেং ইকহু য়াম্না পামজে। অহুনা য়ারীশিং শৈরেং ওইনা ইহুনা য়ারী শৈরেং খরম্রি ইজখি। খর ইকরগা কোংনীংবনা মরেং মরেং চৎখ্রি। খোঙ্‌জম্না শেপদি—কদাই—। ফোঙলগম্হু মণিপুরদদি য়াম্না ফজবা লাইরিক ফাওবা পণ্ডলে লৈবীদে অহুনা ফোঙবদা চণ্ডখিবা শেল পণ্ডহন হজিগদে। অহুবু অইবা অমা ওইনা ঐদি ইজরিবহু খ্বাইনা পাবীবা য়েংবীবা য়াম্না পামজে। অহুনা রাইটর্স ফোরম্না মতুং খর পাংবীরকপদগী হেক্তা ছাপা তৌবা হৌজে। পোৎ পূম্নমক হোঙজরবা মণিপুরগিদা চে-চাং তাওবনা লমাই মশীং য়াম্বা ওইথোক্তে। ঐগী য়ারী শৈরেং—অশিবগী লোনবু অহিংবনা খণ্ডবরা হায়রবসি য়ারী শৈরেং মরি খক্তনি।

লাইরিক মচাসি পুথোক্লবা হোৎনবদা রাইটর্স ফোরম্না অচৌবা মতেঙ পীবীবগীদমক তৌবিমল খণ্ডবা উচ্চরি। খ্বাইনা পাবীহুনা য়েংবিবা মতমদা হোৎনজমন মহৈ য়াম্লে খঞ্জগনি।

সোমামণি

## য়াওরিবা

# মুরুলীগী রাথোক

হরি সংকীর্ত্তনগী য়ায়্দা শ্রী শচিন্দন প্রভুনা
কোয়না লৈনা জগোই শারী নীংথিরি ফজরি।
য়েংপু থংবা মায়কৈদা থৌগঞ্জরী অবধূত নিত্যাইনা
ওইবু থংবা মায়কৈদা চান্নথোইবা গদাধর য়েংজরি॥

ভক্তনদি ইকোয়্-কোয়্ অদ্বৈতনা পুং য়ৈরে
ঈশৈ হল্লে শ্রীবাসনা নীংথিরে ফজরে॥
গৌরচন্দ্র প্রভুনা ব্রজগী ভাবপু নীংশিংলুরে
মিংলুদা প্রেমগী ধারা শিন্থরে, সংকীর্ত্তন য়ায়্দা ৱান্থরে॥

ব্রজদা চাওরবী যাবটতা ওংলবী
অমত্তা পোকপী লৌশিংবী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী—
মলয়াগী মুংশিংনা থংগোন্বনা হুম্বনে
ঊনানদি ইরেঙ লেঙ, কৃষ্ণগী প্রেম্না চাক্লক্রে॥

বাঁসি খোঞ্জেল্ তারক্লে
কুঞ্জবন্দা লাক্লো হায়্না
বাঁসিনা সঙ্কেট, তৌরক্লে
"করম্না চৎলসিগে ললিতা
ওম্চারুরে থম্মোইসে ॥"

"হে বাঁসি
হে মুরলী !
নঙ্দি কয়াদা লাইবক ফখ্রবা !
নবুঙোগা লোয়ননা মতম পুম্বা লৈরিবা !
লাইবক্ ফৈদা নহাকৃসে।
করি পুন্য তৌখিত্রুনা ব্রহ্মানা
নঙ্বু মচা ওইনা ফংজখিবা ?
করম্বা পুন্যগী মহৈয়না
নবুঙো থৌগল্ ফংলিবা ?

ইতা !
করম্না চৎলসিগে কুঞ্জদা,
হায়্য়ুনে হে বিশাখা !
লৌশিং চাওবী ললিতা !
বাঁসিগী শুরনা ঐবু
ঙাওহল্লেনে ইতা !

হে বাঁসি !
বন্দিনি ঐদি আয়্নগী য়ুমদা,
কৈশুম্ শঙনি য়ুম্ অসে আয়্নগী

অশিবগী লোনবু

কৈশুম্ শঙ্‌বীনি জটিলানা
থোঙাক্‌পীনিনে কুটিলানা।

হে ষ্ট।
তোয়্‌না তোয়্‌না কৌরেনে বাঁসিনা;
ইবুঙোনা কৌরে
কৌরেনে রাধা!
করম্না লাম্থোক্লসিগে কৈশুম্‌শঙ্‌সি?
করম্বা উপাইনো
তাক্‌উনে ললিতা
শিম্থোং খঙ্‌বী বিশাখা!

বাঁসিনা কৌরে!
চাক্লেনে থম্মোই
করম্না লাম্থোক্লসিগে?
করম্না চৎলসিগে?

হে বাঁসি
হে মুরুলী!
লাইবক্ কৈদকো নহাক্‌সে,
যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র কোটি কোটিনা
ঋষি মুণি কয়া কয়ানা
চহি চা কয়া কয়া
হোম্ জপ্ — জপ, তপ্ তৌজ্নম্মু
ফংঙ্‌মদ্রবা
ইবুঙো মাগী দরশন্

নহাক্কী,
লায়্না ফংলেদো ব্রহ্মানন্দন্
রাধা ঐতগীনি খঞ্জরিবা
ইবুঙোগী অধরবু থকৃচত্থুনা
নহাক্না,
ইবুঙো মাগী য়াথং কয়া
থরায় য়াওনা
পাঙ্থোক্লিবা নহাক্সে—
হে ব্রহ্মাপুত্র
হে বাঁসি
হে মুরলী
লাইবক্ ফৈদকো নহাক্সে !

গোপী থম্মোই মীওৎপা বাঁসি পায়বা শকৃহেন্‌রা
ওক্লে তোক্লো খোংলন্থু রাধা থম্মোই ওৎলম্থু ;
হে মুংশি হৈত্তবা বাঁসি, থম্মোই য়াওদবা মুরলী !
নঙ্দি —
শাগৈ নচা-নশু, নচে-নচন্ লৈত্তবনিনা
রাধা ঐগী অরাবা করম্ খঙ্নি নহাক্না ?
গোপী থম্মোই হুরানবা বাঁসি পায়বা শক্লোকা
মুঙ্গা অবলা ওইবীবু—লাইবক থীবী রাধাবু
ওমচাক্ল' মৈশা পীরিবা করি মতৌ কৌবগে ?
শ্যাম দরশন্ ফংদকপী মৈশানা
হায়কম্ খঙ্দনা চাক্লে
চাক্লে রাধা কৌবী ঐসে ॥

অশিবগীঃ লোনবু

হে খংগোন্‌বা তম্‌থিবা
করিগীদমক্‌ পুরক্‌পগে
বাঁসি মাগী খোঞ্জেল্‌সে ?
রাধা ঐগী নাপ্পদা
করিগীদমক্‌ তাঙল্লি ?
চৎখ্রো লাপ্পা অথাপ্পদা ;
নুপীজা থম্মোই শুৎলম্মু ।
খংগোন্‌বা নঙ্‌সু
থম্মোই পান্দবা !
নাকোয়্‌ থৈয়্‌না চৎখরো
অবলা ওইবীবু শুৎলম্মু ।।

ইতা !
করম্না খাঙ্‌লসিগে ?
কৌবক্লে তত্তনা বাঁসিগী শুরদা
রাধা রাধা হায়না শ্যাম্না
নাম্থোক্লসিগে করম্না
বন্দিশঙ্‌ সিদৈই
হায়য়ুনে ইতা
হৈশিংবী ললিতা
তাক্‌উনে চান্নবী
লৌশিংবী বিশাখা !

হে ইতা !
চান্নবী শারী
অমুক্তা পীয়ু
নশা অনিদো নঙ্‌গী

শাগপ্ তোয় না পাইজগে
শ্যাম্‌গী নাক্তা য়ৌজগে
বাঁসি খোঙ্গেল্ তুংইন্না।
শ্যাম্ দরশন্ ফংনীংবনা
থোইনা হেন্না
চাক্লেনে রাধা থম্মোই ;
ওম্‌চাক্লুরে
কাহৎলে রাধা' থল্লাই ।
লাইবক্ ফৈদা
ইতা শারী
নঙ্‌গীদি
লৈজবনা নশা অনী
ননীং তম্মী চৎনীংবদা
ঙম্লিদো লাম্হোক্‌পা
বন্দি শঙ্‌সে ইরায় লায়্‌না।
কৈদৌবগে ইতা
চান্নবী
ঙসিতদি পীয়ুনে—
পাইজখিগে শ্যাম্ নাক্তা।
কোয়জরুগে নিকুঞ্জবন্দা ।।

অমুক্‌স্থ .........
অমুক্‌স্থ খোংলক্লে
"রাধা রাধা" হায়না—
বাঁসিগী শুরদা তোয়না

অশিবগী লোনবু

তত্তনা কৌরক্লে শ্যাম্না
"শ্যাম্‌গী থবাই মবেম্মা
রাধা রাধা"—হায়না।
বাঁসিনা
সঙ্কেট তৌরক্লে লেপ্তুনা
করম্না লাম্থোক্লসিগে
তম্‌থিরবা বম্বিশঙ্‌সে ?
অমুক্‌সু.........
অমুক্‌সু কৌরক্লে।

রাধা ঐগী থম্মোইসে
কৃষ্ণ' প্রেম্না চাক্লে—
ওম্‌চাক্লরে,
থম্মোই কায়্‌রে—।
শ্যাম্‌ দরশন্‌
ফংলরোইদ্রা ?
শ্রীকৃষ্ণ চরন্‌
য়োৎরোইদরা ?
লাঙ্‌তক্লরে
তনিক্‌লে
রাধা কৌবী ঐহাক্‌সে।

মবেম্মগী য়াবদা য়ামিন্নরিবী
মবুঙো দরশন্‌ ঈথৌ লাংলবী
গোপী পুম্বা—

মবুঙোদা হায়্জরকৃলে
চানবীরো হায়না
শোঙ্গরকৃলে পুম্না—
"চান্বী হৈবা শ্রীহরি পুংশিকোলোই মদন্মোহন্
রাধিকাগী চান্নখোইবা গোপী ঐখোই' থরায়্ ওইবা
চান্বীয়ু চান্বীয়ু শ্রীহরি
ননাই ওইজবী ঐখোয়্নি।"
মবুঙো নাক্তা যৌনীংবনা
লাওতক্লরবী রাধিকা
বাঁসি খোঙ্গেল তাবদা
হকচাংনা আয়ন্গী যুম্দা
থরাইদি য়ৌখ্রে শ্যাম্নাক্তা
তম্জরুরে মদন্মোহন্ চরন্খা—
"রারেনে শ্যাম্ চাক্লেনে থরাই —।"
মনাইনা নাংবতা থুংহন্বীবা
ভক্তকুই মনাই ভগতবৎসল্ শ্রীহরি
গোপীশিংগা অরা' কোকৃহল্লগে
মনাই বাঁসিদা স্নায়াথং পীরকৃলে—
"হে বাঁসি!
হে মুকুলী!
কৌরোনে ভগবতী যোগ--মায়া"
বাঁসিনা হঙ্গচৈ মবুঙোদা—
"ইবুঙো মুরুলীবাদন্ !
ননাইদি

ইবুঙো ইবেম্মা
নখোয় অনিগী
মুংশি কোলোয় নত্তনা
অতৈ অমা
হৈজদেনে ননাইনা শোঞ্জবা।"

বাঁসি য়ারা তা'
হায়রক্ই ইবুংঙো'
"ধন্য ধন্য-মুরলী বাঁসি!
ঐহাক্না তম্বীবতা মহৈরবা
থুংজরো নহাক্না নীংজবা
শোঞ্জৌ পেন্না
নবেম্মা কোলোয় রাধা
রাধা রাধা
রাধা কোলোয় যোগ মায়া
রাধা মিংলেন্ যোগ মায়া।"
যোগ মায়া!
যোগ মায়া!
ইবুঙোনা নীংশীংলক্লে যোগ মায়া
ইবেম্মনা শোল্লকৃলে মনাই নিদ্রা
মবুঙো য়াথং ফংবদা যোগমায়া
মবেম্মৈই পাও তাবদা মনাই নিদ্রা
থিন্দনা খ্যোরক্লে আয়নগী যুমদা
জটিলা কুটিলা অভি-মখোয় পুম্বা
শুল্লংখরে নিদ্রা যোগমায়ানা
য়াতাগ্রে নিঙাইবা লৈত্তনা।।

শেম্জরে শাজরে
ননাই ললিতা বিশাখা
মবেম্মা খোঁগন্ ফংজরে।
মনাই শারী
শৈথাজরক্লে
মবেম্মা থাগৎ থাগৎ—
'থিম্বরম্নু সখ
নিংথৌগী মচা শক্হেন্বী
নমলো কাম, সিন্দুব
শুম্মাংলুরো মাবু-মদন্বু শুম্মাৎপা
কুঞ্জবন্দা ঙাইরি
নবুঙো কৃষ্ণ-মদন্বু শুম্মাৎপা
থম্ফম্ খঙ্ভ্রবা থৃৎনা
পায়রি বাঁসি হুমাং থোক্না
য়েংফম, কৈত্র, মিৎম্না থম্বান্,
তথক্ তথক্ য়েংলি
বন্গী লম্বীদা
লাক্লবরা নঙবু
চাম্নবী—!
মালঙ্না হুম্বদা
উনানা লেঙ্বদা
য়েংলি-তথক্, লাঙ্তক্না
লাক্লমাল্লে নহাক্পু
পম্বরম্নু সখি—

নমলো কাম্ সিন্দুর
শুম্বৎলুরো মাবু
মদন্বু শুম্বৎপা
থিম্বরন্নু সখি।— ”

মরাঙ্ মরাঙ্ শোং-পেক লাইদনা লোম্না
ফিজেৎ লৈতেংজরক লে সখি শিংনা
থৌরাংজৈ মবুঙোদা কৎনবা, ময়োম্ ময়োম
লৈগী লৈগী অথেম পোং-মচন্ শুনা,
ঙাইঙম দ্রবা গোবিন্দ মদন্ মোহন্
খাংলক্লে বাঁসী তোযন-তোযন "রাধা রাধা।"

বাঁসি খোঞ্জেল তোযবক্লে
গোপী শম্বুল নীংথাযরে
তাঞ্জা ফংলবী রাধিকা
অমুক পম্ববা ভৌদনা
মতাশিংগা লোয্ননা
বাঁসি খোঞ্জেল তুংইন্না
খোঙ্থাং কুপ্না থুনা থাং
য়োরক্লে চেন্না চেন্না
বৃন্দা মাগী বন্থুংদা
চীক্লবা নিকুঞ্জ বন্থুদা
থাবল্ ফরবা অহিংথুদা
যমুনাগী মপান্দা।
মবুঙোগী চরন্দা গোপী থিবিক্ থুকম্জৈ
"ননাই ঐখোয লাক্চবে-চিংন-যেংন-হঙ্গচৈ।

অহিংবনা খঙবরা?

মবুঙো মবেম্মা লোয্ননা রাস লিলা শান্নরে
ঙগোয় শারে পুং য়্যেরে ঈশৈ শক্লে থুবাক্ থুরে

ইবেম্মনা ঈশৈ শকৃপ্পি
ইবুঙোনা বাঁসি--খোংলি
"বাঁসি হে বাঁসি মুরুলী
ব্রহ্মা-নন্দন-মুরুলী
"গোপী থম্মোই হুরিবা
রাধা থম্মোই শুম্মৎপা ......"

শুরগী মবেম্মা রাধিকা
ইবেম্মৈই শৈহেক্ ভাবদা
শুম্মৎখবে গোবিন্দ
কঙাওনরে মুরুলী
বাঁসি অমুক্ খোংথিব্রে
ইবেম্মা য়েংনা লৈখরে।
ভাঙ্গা খঙবী বিশাখা
শৎখ্রে বাঁসি ইবুঙো থুক্তে'
শিন্নখরে মবেম্মা থুক্তা ।।

ইবেম্মৈই ঈশৈ লেপখিবা
মুরুলী পায়রম্ভে
মুরুলী বাদন্—
ঙক্লে শ্রীগোবিন্দ
করম্না বাঁসি মাঙখিবা
কোয়থি-থি-কোয়য়েং য়েং
থিফম্ খঙদ্রে শ্যাম্

হংজরক্হ মুংশা থীনা—
"চান্নথোইবী সখিসা
ঐগী মুরুলী উবরা ?"

"খঙ্জদে উক্তদে"
গোপী থুদীং পাওথুম্ জ।
মফি মরোল্ কংোক্চৈ।।
ললিতানা হঙ্গচ্চে—
"থিবিয়ুনে ইবুঙো
গোপী থুদীং মসাদা
ইবেন্মদৈদ হৌত্নুনা।"
শ্যাম্মা থিরে মথং মথং
ইবেম্মদা থিরিদৈ
বাঁসি য়ৌখ্রে ললিতা খুত্তা,
ললিতাদা য়েংলিদৈ
য়ৌখ্রে বিশাখা খুত্তা -
গোপী খুথাং শুখরে
ইবেম্মদা বাঁসি হন্খবে।
থিকম্ খঙদ্রে শ্যাম্
কপ্পীংলক্লে গোবিন্দ।
মবুঙো মায়থোং লাংশিন্বা
য়েংঙ্মদরে রাধিকে
মবুঙোদা বাঁসি কংকে
লেংশিল্লকপা উবদা

বাঁসিতনা শুম্ফংলম্বী
হায়জরকই গোপীশিংনা
মবুঙোগী মফমদা—
"হে শ্যাম হে গোবিন্দ
হে মুরুলী বাদন্ !
নহাক্কী মুরুলী সিনা
গোপী ঐখোই খিবিকপু
কুলবধুনি কাওহল্লে—
য়ুমগী মোনি নীংহন্দ্রে।
বাঁসি খোঞ্জেল তাবদা
গুরুজন্ পুম্বা থৌওইদা
ইথৌ পুম্বা হুন্দোকহন্
হোন্-হৌনদ থগু হন্দা
চীক্লা অহিং-শুক্র'-বন্দা
চংহল্লে ঐখোইবু লোইনা
অকি অখং লৈতনা
ইকাই-ইকি রাংমা লাম্না
পিনরোনে বাঁসিদো
পীরো বাঁসি
পীনবীরো বাঁসি
থমজরগে গোপী ঐখোই' খুত্তা।"

"ইবেম্মসিং তাবিসি
ঐগী মুরুলীদি।
কৃষ্ণৈই থরাইদৈই হেনবনি।

অশিবগী লোমন্নু

মুরুলী য়াওদবা কৃষ্ণনা
করম ওইনি মুরুলী বাদন্।
থাদোক্-ওম্লোই মুরুলী
লৈত্রবদা ঐগী বাঁসি
কৃষ্ণ ঐনা করম্ হংনি
ইবেম্মশিং
মুরুলী লৈত্রবদি
করম্ সঙ্কেট্ তৌরক্কনি ?
রাধানা ঐগী থরাইনি
উদনা রাধা প্রেমময়ী
কৃষ্ণ ঐনা করম্ লৈনি
ইবেম্মবু কৌননবা
ঐগী থরাই মুরুলী
হায়বীগম্মু পীরো হায়না।”

হৈশিংবী ললিতা
পোমিং খঙ্বী বিসাখা
মবেম্মদা শকহেনবী
মিংকি ইঙ্গিত তৌজখি—
গোপী মথৈ মান্নখ্রে
মবেম্মা পোইরৈ য়েংখরে।
মতাগী মিংলৈ উবদা
গোপী রাখল খঙ্'লদা
ব্রজগী মবেম্মা রাধিকে
ওইন্ শক্তম্ পুথোক্লে

পৈয়না-য়েংন্-লৈথোকখ্রে—
ওইন্-পাওথংনরক্লে

"ইবুঙো!
মুরলীতবু মুংশিৰিবা
ননাইওইবী
ঐখোইবু'দ চানবিদবা !
খঙ্জরে ইবুঙো লৌনম্চাওবা
নহাক্কী মরম্গী
ব্রজদা ৱাথোক্ চাওরবী
লাইবক, থিবী ঐখোই পুম্বা
চৎচরগে কুঞ্জ থা-না।
মুরলী ৰাদন্ ওইৰীহোরো
ব্রজগী বনসি নিল্হন্ৰীরো।
মুরলীগী খোঞ্জেল্না
থল্লসনু মফম শুনা !
ননাই ওইবী ঐখোয়দি
লাইবক থিবী কলঙ্কীনী
য়ুমদনু হঞ্জররোই।
কুঞ্জদনু লৈজররোই
বাঁসি খোঞ্জেল তাজররোই
কলঙ্কীনি ওহজররোই
যমুনাগী ঈরোমুংদা
কালিন্দিগী মথামুংদা
য়াইবী থরাহ থাজরগে

প্রানগী থরাই কচচরগে।
বঁাসিনা অমুক ওৎলরোই
কলঙ্কীনি হায়নররোই
পেনবীহৌরো মীৎৎপা
ব্রজ' গোপী থম্মোই হুরানবা" ।।
খোংবী হৌরো মুরুলীদো পেন্না
তৌবিহৌরো সংকট্ লেপ্তুনা
তারবদা ইবেম্মগী ওইন রাহে
উরবদা মাখাই-ওইন-শরুম্
মুংশা থীরে শ্যাম্ কপ্নীংজক্রে কৃষ্ণ
চিংনরক্লে
চা-ননা শাউত্রমাক্রে
চিংন্-থেংন্-মেঙ্কা
হায়জরক্ই ইকেমদা
কোয়্ন-লৈইনা-য়েং
পাওহোম্জরক্ই গোপীশিংনা—
"রাধিকে
থরাইদগী হেন্নবী।
শ্যাম্গী থম্মোই
বিনোদিনী মুংশিবী
ঐক্তনা
মুরুলীবু পাম্জবদি
রাধে
নঙ্গী কোলোই শোম্নবনি।

অহিংবনা থঙ্বা

ঐগী নুংশিজরবী গোপীশ।
নখোয়না হেন্না খঙ্লিবনি-
মুরুলীসে

নখোয়দা সঙ্কেট তৌনবনি
নবেন্মা কোলোই শোয়বনি,
ঐগী থরাইতনা লূপচবনি ।
ঐগী বাঁসিসে
কৈগু লৈতবনি
য়াগী মকৃক্লি ।

ব্রজগী মফম থৃদৌংদা
বৃন্দাগী বনসিদা
য়াৎপা লৈতনা হৌয়ী
হায়বীযু অপাম্বতা
মুরুলীদৈই হেন্না ফজবা
হেন্না চাওবা
হেন্না খোম্বোক্ নুংশিবা।
বাঁসি কয়া—
হে য়াধিকে,
হে ললিতে বিশাখে
গোপী নখোয় পূম্বদা
পীজগে
পুজয়ক্কে ব।।স কয়া ।

ইবুঙোনা য়েংজয়ী
ইবেম্মে মাযথোং থম্বালদা—

অশিবগী লোনবু

চান্বীরো
মুংশিবীরো মিংযেংনা ।
কোয়্না লৈযনা মুংশিনা
ইঙ্গিত তৌনা
য়েংজে গোপীশিংদা
হায়জৈ
তেঙ্বাঙ্বীবু মাব ।

থোইনা শাউথ্রে ম ধিকে ব্রজেশ্বরী নীংথিবী
ওইন-চাওবী ইরেশা-য়েংদশিন্না-মিংলাউবী
রাঙাখিদ্রে রাধারানী মায়থোং-লুক্ত-লেখরে,
গোপীখিবিক্ মরেম্মি পোইরে য়েংন-লৈখরে ।।
মবুঙোদা
মৌন ব্রত কংখরে ।
নাইতোম্ তারে শ্রীগোবিন্দ,
মদন্ মোহন্ মুরারী

শ্যাম্ সুন্দর মায়থোং মক্রে
ইবেম্মেই মুঙাইত-উবদা
চান্নবা শাওথ্রমাল্লে খল্লুবদা
খোয়বাঙ্ খোয়শাওবে
শ্যাম্ রায়,
"হে রাধিকে
থরাম্নদগী হেল্লবী
লোবীরো বাঁসি
ঐহাক্কী মুরুলী

থম্বীরো ননাক্তা
ব্রজেশ্বরী চানবী
লৌবিরো বাঁসি
শ্যাম নৌগী মকলী ।"
মবুঙোনা থাদোক্তনি খন্‌বদা মারবা বাঁসি
চানন হুন্দোক্‌লবত্রা মিপাইর' মুরলী
মবুঙে' থুদাং পায়্‌না—য়াঙৈ
চিংন—চিংন—য়েংনা হায়্‌জৈ ।—

"ইবুঙো"
হুন্দোক্‌পীনু ননাইবু ।
ননাইনা
করম্বা দোষ্‌ লঙ্‌জখিহ্নুনা
ইবুঙোনা
ননাইবু কাওথোক্‌পীরিবা ?
ব্রজগী মপাবী
হে শ্যাম্‌ !
নহাক্‌পু নত্তনা ননাইনা
নীংজদে অতৈ কনা
ইবুঙো !
মপোক্‌ মপোক্‌ থুদীংদা
নহাক্কী সেবা তৌজবা,
করম্বা ইরাল লৈরহ্নুনা
ননাইব থাদোক্‌পীরিবা !

অশিবনী লোসৃবু

খঙ্জরে ইবুঙো
ননাইগী নাপল্বু মাঙ্হন্গে—
হুদোক্পীরে কাওথোক্পীরে—
নাপন্ থুদেক্পনা নশিন্ ওইবা
থুদেক্খি নঙ্না —ব্রহ্মা ইন্দ্রগী নাপল্ ।—
যোগীন্দ্র মুনিন্দ্র
যোগী ঋষি কয়ানা
হোম্-জপ্-জপ্-তপ্ তৌহুনা
ফংঙ্মন্ত্রবা নঙ্গী নরশন্

তত্তনা তৌজৈ চাওথোরুবা
ইবেন্মতগী ওইবা
ফংওমন্ত্রবা নঙ্গী অধরামৃত
তত্তনা থক্চৈ হায়না
নাপন্ তৌরুবৈই দোষনা
ননাইবু থাদোক্পীবরা ?

ইবুঙো
চান্বীদৈবা নহাকী
ননাইগী ইরাল্ ওাক্পীম্নু
লংথোক্পীম্নু থাদোক্পীম্নু
কাওথোক্পীম্নু ননাইবু ।
ইবুঙো !
নঙ্না থাদোক্পীরবা
মুরুলী কৌবা ঐহাক্দসে
মুরুলী অমুক্ ওইররোই ।

ইবুঙো
নহাক্কী
মনাইবু চান্বীহৈবা
ভগতব্যাসল্ হায়্নবা
ননাই ঐবু চান্বীয়
মুরুলীবু সুংশিবীয়ু
ছন্দোক্পীয় থাদোক্পীয় ।

"হে বাঁসি
হে মুরুলী
ঐগী চান্নবা
নঙ্বু
কাদৌমুংদা থাদোক্কে ঐনা ॥

নহাক্ লৈত্রবদা
ঐনা
করম্না ওইনি মুরুলীবাদন্
পণ্ডবরন্থু স্বরূপ
কাউরবরা নহাক্পু
অত্থৈগী ব্বা

নীংশীংউ
অত্থৈ উখিবা
নবেম্মা রাধিকে
ব্রজেশ্বরী চান্নবী
অতোপ্পা নত্তে অতোপ্পা নত্তে ।
রাধা কৃষ্ণ

অশিবগী লোনবু

খেন্নবা লৈতে খেন্নবা লৈতে।
নবেম্মা রাধাসু ঐগাক্লী
কৃষ্ণ ঐহাক্‌সু রাধানি
অত্তোপ্পা নত্তে
অমত্তনি,
রাধা য়াওদ' কৃষ্ণ
কম্‌ কৈদা লৈবগে
অমত্তনি ঐথোয়্‌নিদি।
নবেম্মৈই খুৎনা নান্‌বীবা
লাইবক্‌ ফরবা নহাক্লী
কৃষ্ণ ঐত্তগীনি খঙ্গনবা
নবেম্মগী অধরবু
ফংজদৌরি নহাক্তী।
নঙ্‌মুক্‌ লাইবক্‌ ফববু
মকম্‌ কৈদা লৈরিনি ?
কাউগনু মরূপ্‌
নবেম্মগা ঐগা
অমত্তনে অমত্তা
হে বাঁসি
হে মুরুলী।"
মবুঙো য়াবা তারবদা
হরাওজরে মুরুলী
মবেম্মা য়েংনা হঙ্গংচৈ—
"হে ব্রজগী মবেম্মা রাধিকে

শ্যামগী চাম্নখোইরবী
চান্‌বীয়ু চান্‌বীয়ু মনাইবু
শ্যাম্‌গী অশ্মোই হবীয়ু ।।"

মবুঙো মবেম্মা অনিগী
ম্না থুংনা নান্‌বীবা
লাইবক্ ফরবা মহাক্কী
মহৈয় য়াম্লে মুরলী
বাঁসি মাগী মপুন্‌সি ।

মোমোন্ মোমোন্ নোক্লছুনা
মবু‌ঙোদা চিংন-য়েংনা
হায়জরক্‌ই গোপীশিংনা
"ইবুঙো ! মদন্ মোহন্ !
ওসিনবী মুরলী
ওইরেমো গোপী ঐখোয়গী
অহিং মুংখিল্ নাইদনা
গোপী ঐখোয়্‌বু ওথলা
ওংলমোইদো অমুক্ হন্না ।
হে কৃষ্ণ
নঙ্‌বু ঐখোয়্‌না
কৌনীং কৌনীং মত্তমদা
কৌনীং কৌনীং মফমদা
কৌরনিদো ঙস্তনা ।
নঙ্‌গী বাঁসি অসিনা

ঐখোয়্বু তোয়্না ওংথিবা
লমন্ খুমলনি শোয়্দনা ।

মুরুলী কায়্নবৈই রাবনা
কপ্পীং কপ্পীং—পে—
মবুঙো মায়্থোং উরুবা
নোকস্নু নোক্লীং থোইনস্নু রারবী
মবুঙোনা রাবা উঁভম্দবী
ব্রজেশ্বরী রাই
বৃষভানু নন্দিনী
বিনোদিনী শক্হেন্বী
কাইদ-কাইদ খেক্ নৌনা
চঙ্শিঞ্জে মবুঙো নাক্তা
মবুঙোই লেংবান্দা খুং-নামা
খুং নামনা বাঁসি পায়
শ্যাম্ মায়্থোং চিংনশ্লেং
হায়্জরক্ই তপ্পা তপনা—

"ইবুঙো চান্নথোইবা !
রাধাগী থন্নায়্গী থাঁয়্
নহাক্কী মুরুলী—
মুংশিরবী বাঁসিসে
ঐনা থৌইনা পামজবা
ঐনা তত্তনা শোজবা
নঙগী মুংশি কোলোই

মদন্ মোহন্—
অমুক্তা খোংউ ময়াদে
ইচিন্না শোঙ্গে—"হা কৃষ্ণ"
বাঁসিনা খোংই "রাধা রাধা" !
মপুই মনাই অশেংবনি
মপুনা তম্বীবতা খোংবনি ।

ইবুঙো চান্নখোইবা
নঙগী কোলোই শোন্নবা
বাঁসি খুৎখত্তু তাকৃপীয়ু
ইখুৎ পায়্না তম্বীয়ু ।"

"ইবেম্মা ব্রজেশ্বরী
থরায়্গী থরায়্
কৃষ্ণগী থম্মোইগী থম্মোই
ঐগী বাঁসি
মুরলী
ঐগী চান্নবনি,
ঐনা তম্বীবতা খোংবনি ।

কৃষ্ণ ঐগী ইচিন্দা
ঐগী খুৎখত্তা ।
রাধা কোলোই নত্তনা
অতৈ অমা পাম্জদে,
ঐগী থরায়্ তাজদে ;
মুরলীদা
হায়খি ঐনা ।

অশিবগী লোনবু

রাধা কোলোই নত্তনা
খোংলগনু অত্তে অমা।"

চংশিল্লক্লে শ্যাম্
রাসেশ্বরী খুৎপাইনা
তম্বীরক্লে বাঁসি;
রম্র তরেং শুরবা
শ্যাম্গী বাঁসি মুরুলী।

ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা
সনা খুংনা নান্বীরে
বাঁসি অহু তপ্পা তপ্পা।
ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী
থক্চরে অধরামৃত
লাইবক্ কৈদা হে বাঁসি
ব্রহ্মা নন্দন্ মুরুলী
উজরেদো নমিৎ পেল্লা
ফংঙমত্রবা যুগোল্ মুর্ত্তি।

অসিগুম্বা মপোক্পু
করি পুন্তনা ফংলিবা
অসিগুম্বা শক্তম্বু
করম্ কান্দা ফংগবা ?

ইবুঙো ইবেম্মা অনি তিল্লবগী মুঙাইবনা
হরাওরবী রাধানা হায়জরক্ই মবুঙো য়েংনা।
ইবুঙো মুংশিবা
নওগী বাঁসি

অহিংবনা খুঙবরা

মুরুলী
নঙ্না হায়্বত্ত্রা মইহৌ :
ইবুঙো নঙ্না
খোংলবতদা
বাঁসি মরোল্ শুহল্লি ।
হে নাথ
মকুলী বাদন
নঙ্না পায রবতদা
বাঁসি মহৌগ্ হেঙ্গংহল্লি ।
লৌবীরো
পায্বীরো
খোংবীরো বাঁসি
মুংশিরবা মুরুলী খোঙ্গেল্হনা
কৌশিন বীরো
ব্রজগী মখোন কংবক্লীবী
গোপীশিংসে,
মখোয গা লোয্ননা
রাস লীলা
শাম্নরসি মুঙাইনা ।
শ্রীগোবিন্দনা খোংলক্লে বাঁসি
মুকলী
অঙকপা বাঁসি খোঙ্গেল্ তাবদা
চেন্শিঞ্জরক্লে গোপী পৃম্বা
লেপ্লরে
কোয্শিন্দূনা রাধা মাধব্ ।

অশিবগী লোনবু

ও· ৷ই কারবী

প্রেম্-ময়ী রাধানা
মাধবকী লেংবান্দা
খুৎ নামা থম্
নোক্না নোক্না হায়্রকই—
"বাঁসিনা শুম্হৎপদি নখোয়্বু শুম্হৎপা নত্তে
মরোল্ অহুম্মকপু শুম্হৎপা শ্যাম্গী বাঁসিনি।
অহুম্শুবা রন্দ্রনা গোপী পুক্নীং শুম্নাংলি
মরিশুবা রন্দ্রনা যমুনা ঈচেল্ লেপ্লি।"

য়েংবীয়ু হে নাথ্
নঙ্গী বাঁসি মখোন্দা
যমুনা ঈচেল্ লেপ্খরে।
নোংদোনথক্কী থাজ
চপ্ লেপ্পুনা লৈখরে;
নঙ্গী বাঁসি মখোল্না
নুং ফাওবা পেৎলেনে।
অমৃত ঈচেল্না থল্লক্রে
অাইবঙ্ মালঙ্ হরাওরে
হরাও মথোই কারেনে।

বংশীনা শুম্নাৎপদি নখোয়বু শুম্নাৎপা নত্তে
মরোল অহুম্মকপু শুম্নাৎপা শ্যাম্গী বাঁসিনি
মঙাশুবা রন্দ্রনা ঘনবী ঘন্নাও খোম্জিন্নি
তরুকশুবা রন্দ্রনা কদম্ মপান শাৎহন্নি।
ইবুঙো
হে শ্যাম্।

রাধাগী থৱাই
নঙ্গী বাঁসি খোঞ্জেল্ তাবদা
যণ্গী যল্লুপ্ মথৈনা
হন্বা হন্বা খোংহুনা
বাঁসি খোঞ্জেল্ তুংইল্লে
তুম্বক্ তুম্বক্ লেপ্লরে
মমিং উইরুম্ তৌহুনা
শগুপ্ শায়্না তান্ থারি ।
হরাও মথোই কারবা
বন্গী চেক্লা মথৈনা
উহৈ চানি কাউখরে
বাঁসি খোম্বাং শৈইন্না
নীংথিরবা শুরদা
ইবুঙোই নাম্বু শোল্লক্লে—
"হা কৃষ্ণ হা গোবিন্দ "।

বাঁসিনা শুম্বাংপদি নখোয়্বু শুম্বাংপা নত্তে,
মরোল্ অহুম্মকপু শুম্বাংপা শ্যামগী বাঁসিনি
তরেৎশুবা রম্রনা যোগীগী ধ্যান্বু কায়হল্লি
তরেৎশুবা রম্রনা গোপী যমুন্ নীংথায়্হল্লি ।

য়েংবীয়দো ইবুঙো
মুরলীগী আলাপ্তা
ধ্যান্ কায়্রবা যোগীদো
লাইবক্ খৈ থগরি
নখোঙ্ থম্বাল্ য়েংজরি ।

অশিবগী লোনবু

তরেংগুবা রপ্রনা গোপীগী পুক্লিংতা নত্তনা
মরোল্ অহম্মকপু ভুক্ষংপা শ্যাম্‌গী বাঁসিনি।
মুরুলীনি
য়েংবীয়ু ইবুঙো !
হে শ্যাম্
বাঁসি খোঞ্জেল্‌দা ভাওরবী
ব্রজ গোপী পুম্বনা
নখোঙ্ থম্বাল্‌বু মিতারী
চঙ্জফম্নি থন্দুনা
য়ুম্‌দা হনগে খন্দরী,
য়েংবীয়ুদো ইবুঙো
অচৎ-চত্ত-পুম্বনা
নঙ্গী বাঁসি খোঞ্জেল্‌গী
অমৃত ঈপাক্তা লুপ্পরী।
পাক্ল' যমুনা মপান্ লৈগু' থল্ল' কুঞ্জদা
হৈনম্ লৈনম্ চেল্ল' মালঙ্ লিরি খোঙ্দোই হুল্লরী
ব্রজগী মথোক্ কারক্লিবী
গোপীশিংনা মহৈ মহৈ
খুৎশম্লনা কোয়্‌না লেপ্পী।
জগোই শারী ঈশৈ শক্লী
ময়ায়্‌দা লেপ্পী শ্রীগোবিন্দ
মুরুলী বাঁসি খোংহনা
থৌগঞ্জরী রাধানা।
ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা
গোপীশিংগা লোয়ননা

মখল্ মখেল্ জগোই শারৈ ।
রাধা কৃষ্ণ জগোই শারী
ললিতা বিশাখা
সখিশিংনা ঈশৈ শক্লী
াল থারী চিত্রা সখি
ভাবক্ ওইরী বৃন্দা দেবী ।
শ্রীকৃষ্ণ মদন্ মোহন্
নাইতোম্ জগোই শারক্লে
শ্রী মতী রাধানা
সখিশিংগা লোয়্ননা
অক অরুবা তাল্দা
নীংথির' শুরনা
শুক্সং' শৈহেক্লরক্লে ।
শ্রীকৃষ্ণৈ তাণ্ডব্ জগোইনা
জগৎ পুম্বা শুক্সংলে ।
শ্রীগোবিন্দ মাধব্
ভাবক্ অমুক্ ওইখরে
মন্ মোহিনী রাধিকা
রূপ্না লুরঁ—তাম্বাদা
নাইতোম্ জগোই থেকৃখরে
মাধব্ তাঁন্ থারক্লে
মেঙ্ন—নৌরঁ—শাথেক্লা
পুংলোন্ জগোই শারক্লে
মাধব্ মিৎকম হোংখিক্লে ।
অয়াম্বা মখল্' তাল্দা

অশিংবগী লোনম্

মালেম্ পূম্বা শুক্কৎলে
মাধব্ থম্মোই ইরাং হৌ
গোপী থম্মোই মরাঙ, হৌ
শ্রী মতী রাধিকা সখিশিংগা লোয়্ননা
নীংথিরবা শাথেক্লা
অঙকৃপা জগোই শারক্লে ।
কনাগুম্বী সখিনা
বিনা খোংলি
পুং য়ৈরী
কনানা খুবাক্ থূরী
খোংলি —
যন্ত্র মখল্ কয়া
য়ৈরি খোংলি মখল, মথেল, ।
যন্ত্র প,ম্বৈই শুরগা
গোপীশিংগী
মেঙ্ন—শুক্কৎ – খোঞ্জেল্গা
অমত্তা ওইনা তিন্নবা
অনেম্ অৱাং ঈশৈ কয়া
কুঞ্জবন্দু নিল্লক্লে
ঈশৈনা ময়াই কারবী
তনৌরবী গোপীশিং
খোঙ্না তাল, থারক্লে ।
তাল্গা লোয়ন—লোয়ননা
খুৎ-শা মিংয়েং—নায়েংনা

অভিনয়, তৌনরক্লে
পূন্না জগোই শারক্লে।

অমত্তা ঙায়্রবা
অনিশুদবা শ্রীগোবিন্দ
মহাক্কী অঙকপা
হৈ শিংলবা জগোইনা
গোপী খুদীং লেঙ্গোন্নবা
জগোই শামিন্নে হরাওনা।
কাম্গী তেন্না পাল্লবা
থম্মোই খোয়্রাংল' শ্যাম্
শ্রীমতীগা লোয়ননা
শান্নরী

বাঁসি খোংলি
মুংশি—শুম্মৎ—খোঞ্জেল্না
অমৃত ঈথক্ হৌহল্লি।
খুজি-নাচিনা "কিনি কিনি"
নোপুরনা খীংলি "রুনু ঝুনু"
নিধু বনসে ইনিল্ নিল্লে।

শাংকায়্রবী লৈহী চেন্বী লৈরাংশিংগী
খোইমুনা ঙংনা হোংনা লৈহী চুপ্পী।
খোইমু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা
লৈরাং ওইবী গোপীশিংগী
মায়খোং থম্বাল্ লৈহী চুপ্পী।

অশিবগী লোনবু

অহিং মমৈ ইন ক
থাজম্ন রাংনা পীরুক্লে ।
অয়াম্বা ব্রজ গোপীশিংনা
জগোই ঈশৈদা লপ্লীঙৈ
রাধা মাধব্ অনিদি
লেঙশিন্খরে তপ্না তপ্না
যোগপীঠ্ কুঞ্জবাজদা ।

কুঞ্জম্নুংদা
ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা
শাম্নরী অথূপ্পা লীলা ;
মম্নুংচন্বী সখিশিংনা
অকোয়্বদা থোগল্ তৌজরী
রস্ চূপ্চরী মুরুলী ॥

নীংথিজরবা
পক্লীং হুর' বৃন্দাবন্দা
গোপীনা
ওইরে ফুগায়্না শাংলবী থম্বাল্ লৈনা ।
মকোক্ ওইবী
সখি নিপান্না
ওইরে লৈরিক্
রসনা ঙাওরবী
তনিক্ তনিক্লিবী

নীংথিবরী ।
অসিগুম্বা লৈরিক্না
য়োম্শিল্লিবী
লৈযোম্লুংদা লৈরিবা
মণিগী তাঙ্বল্ থক্তা
শ্রী রাধা গো'বন্দনা
ভান্তোইরী—
মখোই অনিনা
খোংলি মুরুলী
তাইবঙ্ পুম্বা শুম্মাংলী ।

অসিগুম্বা শক্তম্
রাধা-কৃষ্ণ যুগোল্ রূপ্
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী
শ্রী মুর্ত্তি
পাপ্ চেল্ল' মিৎসিনা
য়েংজহৌ পেম্মা
মিৎ—পেম্মা ।
মপোক্ মপোক্ খুদীংদা
রাধা কৃষ্ণ অনিগী
হবুঙো—ইবেম্মা অনিগী
যুগোল্ মুর্ত্তি
শ্রী মুর্ত্তি
উজবা
চরন্ সেবা ফংজবা

অশিবগী লোন্বু

বাঁসি খোঞ্জেল, তাজবা
নোপুর ধ্বনী তা-জবা,
ইবুঙো ইবেম্মৈ থুয়াথাদা
প্রান্—পুষ্পাঞ্জলী কচ্চবা
নীংজৌ পুক্নীং থব্রায়্-হকচাং য়াওনা-
শোঞ্জৌ পেম্মা নচিন্দা—
"রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে
রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে ।"

কারোং,
নবেম্বর, ১৯৭৭

---

## লাইগী পাঙ-লাইবাও

(১)

থোক্খরবা থৌদোক্নী
থাঙ্গৈশেংনা থোক্খবনি
হায়্জিন্নবা নত্তেকো ।
মৈত-লোক্পু কৌবদি
মণিপুর সনা লৈবাক্নী
চীংন—কোয়্ন-পন্শাবা
হাও ন-কোয়্ন—পন্ঙাক্পা
সনা-ন ময়ু—কাবা—লম্
লুপা-ন—মফেল্- ওইব-লম্
মনি-ন—ফিবান্ চল্লিবা
লাইগী লৈবাক্ লাইরৈবাক্
লৈবাক্সিগী য়ায়্দনি
ইম্ফাল্ কোন্নুং মক্তনি— ।

অশিবনী লোন্বু

ফয়েং ভীষ্ম চৈথাবা কুম্
কুম্‌জা কুন্ হৌব্রবা কুম্
লৈবাক্লা মনিন্—নাইৰ'তম্

উনৌ ৱানৌ থাদনি
লুহোংবগী কাঙ্‌বুনি
পরেং পরেং চৎপনি।

বড়গী কাঙ্‌বুনা মাঙ্‌দ-থা
কন্যাই কাঙ্‌বুনা তুংদ-খং
বাঝাই-বেঙ্গুন্ মাঙ্‌দ—চৎ
দ্রম সাইদ্রম্—য়ায়দ—চৎ
তৌদ্রি বাঁসি 'তুংদ-থং
চংলি থারী লমজাও থুং।
পেরে শিঙ্গা খোংহুনা
ঝান্ মাঙ্গং য়ৈহুনা
মুংদাং রাইরম তাঞ্জাদা
মুমিংন—চীংয়া নক্‌পদা।

বাঝায়্‌গী তান্দ—লাক্লিবা
লাংগোরক্লে খোংনাং অচৌবা
পুরৈরোম্ খোংনাং কৌরবা।

খোংনাং খোঙ্‌সি য়ৌবদা
তক্‌সি শোম্না য়েংইদো
মমি তাদ—কাঙ্‌বুদো।

অহিংবনা থঙ্‌বরা

লম্বী'—নাকন, কাগুপ্ লেপ
মখোয়্ মশেল হায়নখি—
"খঙ্‌গ'নিদো হন্দক্তি
উশিন্তবা হায়্‌ববু"
খাবা পিবা নাইতোম্‌পোক
তুবী ভাংয়েক চন্নুচা
লাবা কাম্‌জাও হুনবশা !
মতীক্—নত্ত—মঙন্ হাপ্
ঐখোয়্ পুম্বা হুল্লান্‌বা
মাগী য়াইবী চূপ্‌শিনা
মিকপ্ খোন্‌বু ভাগত্রা ?

মালঙ্ শউম্ খোঞ্জেল্লা
উ-না রা ভাঙ্‌বরা ?
তলা খোংনাং মযাদা
শেংলম্ শেংফাত্ত—তাবরা ?
বাঝায়্ বেঙ্কুন্ খেঞ্জেল্লক্
ত্রম্ মাইত্রম্ হুৎন—ফাও
খোঞ্জেল্ অহু তাবরা
পাখঙ্ নাপ—য়ৌবরা ?

অস্নিবণী লোনুন

(২)

গুলাঙ্—থাগী মাক্মৈনি
কালেন্ মুংশা য়াক্পনি ;

গুলাঙ্ গুন্শাউনবনা
কৈরোই—পাখঙ্ লোয়্ননা,
থাব—ষন্শেংগোং মনাক্তা
পাউত্তাক্ ঈরেন্—মথাদা
থাব—পিবা নাইতোম্পোক্
রাঙয়োন্ নৈতেংগু চন্নুচা
লাইজ ঈপান্ শাম্লেংদৈ
মখে লাংন—শান্নদৈ—

লাইজ রায়্—রাধ্ চো'-ফন্না ;
নুংশিত্তা লৈবা মখোয়্না
খোয়ুম্ পাউজেল্ ছন্খরে
মখোয়্ পুন্বা থুংলরে ।।

কৌক্র ঈখোজ্ তম্লক্পা
পাউত্তাক্ ঈরেল্ ঈফ্ না-বা,
রাংব্রেন্ থা-ন—চাওবনি,
তাওরোইনাই লাইরেল্ ছন্বনি,
লাইনিংথৌ মায়্গৈ ভাক্পা
মার্জিং থাংজীং লোয়ারাক্পা
মনাই—মশন্ ছরোয়্-ভারোয়্

হায়্নখিগুম্ উনরে ;
নীংশিংনৈ মখোয় মশেল্
অহু নোংগী ৱাথোক্তো
লম্ তা—থাঙ্জ খোয়ুম্ খুন্দিন্
ৱারেপ্পবা খোয়ুম্ শিংনা
শীংথেক্ শীংথা মুমিত্তুদা ।।

তাউবা হুইনা কপ্পরা
মুংথিল্দা মকু খোংবরা
হাওনম্না মায়্গৈ ছন্ববা
লাইজদা কোঙ্গোন্ শৌবরা ?

মিংমৈ পীক্ক—য়েংনরা
মখোয় হূপ্প—চঙ্নরা
থাব -পিবা নায়তোম্পোক্
তুবী ঙাংয়েক্ চম্নুচা
মতেক্ মতেক্ থুদেক্লা
য়াইবী চূপ্কে থৌরাংবা—
কন্দ—হৈত—নত্তবা
শাফবা মহাক্ ওইবনা
খোয়ুম্ পুম্বা শদো থোং
হুমাং শন্দোই কারিঙৈ
য়াইবী চূপ্—ঙম্দ্রিঙৈ

লাইয়ীংথৌদি পাঙ্গন্বা
মা-ন শেম্ব— চার
কন্গে নীং শাগৈ পিবা,

অশিবগী লোনবু

মহাক্‌স্থ নোংদা লাইরেন্‌
ঙাক্কে নীং—মশু মুপা
লাইযীংথৌ'নি হোংথিল্লক্‌
থেক্‌-ন— লাওনা চেনশিল্লক্‌
খোযুম্‌ পুম্‌-লান্‌-শীংল্লক্‌

খোযুম্‌ লান্‌গাই চেন্‌খরে,
খরনা ঈবোমুং লোংখরে,
খরনা লৈমনুং চঙ্‌খরে,
থরনা মুংশিত্তা মাঙ্‌খরে
খরনা মোংশোংলক্‌ লোংখরে,
খরনা মালঙ্‌দা থৈইখরে ।।

হুদোক্রম্রে শিরেম্‌খাক্‌
খাব-পিবা নাইতোম্‌পোক্‌
তুবী ঙাংযেক্‌ চনুচা ।

য়েংব—মথৈ য়েংলগা
কোক্তা—নান্ন—বব পী
শিল্লবম্‌লে শা-ফবা
পলেম্‌-পম্বৌ মকাদা
মৈত-লোক্‌ ম্বাং-ম-লান্‌
চীং-তুরেন্‌-ঈপাক্‌-ছম্‌
বর্ষ খঙ কয়া লা-ন্‌
দ্বিপ্‌-ঈথৎ কয়া ছম্‌
লম্‌দম্‌ অত্তাম্ব —তায়-
কন্‌বা ঙম্বা। মহাকৃপু
কোয়্‌ক্র য়েংলু তাক্রম্রে,
লাইয়ীংথৌ'নি থিঙ্গাম্রে ।

(৩)

"ঐদি ইশা নহা-নী
ঈন্‌খৎলকৃলি' আ-শা-ন-থন্‌
পাম দে ঐদি লুখ্রা ওইবা
ঙম্‌জরোই লুখ্রাঙম্‌ লেন্‌বা,,
ঙম্‌লোই ঐদি ইথম্ভা লৈবা ।

"মীনা করি হায়গনী
লৈবাক্ক-করম্‌ খন্‌গনী
সমাজ হায়্‌বসু লৈবনি
চৎনবী হায়্‌বগু মরৈরী ।'

"করম্বা সমাজগী ৱারম্লো
করম্বা লৈবাক্কী নিটিনো
করম্বা মতম্‌গী চৎনবীনো ?
নোংচুপ লম্‌গী ৱারম্লা
নোংপোক্‌ লম্‌গী য়াকারা ?
খা-গীরা, ৱাং-গীরা,
করম্বা মীগী মিংলৈনো ?
চৎনবীসু মীনা শেম্বা
সমাজসু মীনা ওইবা
লৈবাক্কী নিটিসু মীনা লেপ্পা—
মী মরক্তা ঐসু মী
ঐগী ৱাদি তারোইদ্রা ?
মীগী ৱা-ত-তা-গদ্রা ?

অশিবগী লোন্নু

অশেংবা রা হায়্বদা
করি চিংনফম্ লৈবগে ?
মীনা ওাঙ্নবনা লুবরা
ঐগী মাঙ্জবনা লায়্বরা ?
সমাজগী মীনোক্
করম্বা সমাজগী মীনোক্ ?
মীওইবগী শাজন্তি,
মীওইবা পূম্বই পান্দম্দি,
অরোইবদা—ইশাতগী।
সতি সিতা, দ্রৌপদী, থোইবী, কন্যা,
মথায়,—থায়্নগী রারীনী।

ঐগীদি হায়্রিবসিনি—
ওয়্রোই ঐদি শুক্ওম্ ওয়্রোই
লুখ্রা ওইবসু ওম্জরোই
লুখ্রাগুম্ লেন্বসু ওইজরোই।"

"নুংশিবনিকো মহাক্কো
ইখুৎ-ন-মেত্তুনা শেম্বনিকো—
ঐতগী ওইনবা থৌরাংনি—
অতুবু মা-দি নগানী
করি করম্ ত্তৌগনি
লৈত্রবরনে আশা অমফাও— ?

"হৌগৎলরোই অমুক্ হৌগৎলরোই
খঙ্লবনি, উরবনি,

হন্দকী মপোকী ওইরবোই
মী ওইনা লেপ্পরোই ।”

“অদুদি করম্ তৌসিবা
অদুদি করম্ তৌসিবা ।”
খল্লুবদা ফুম্বংনৈ।
চহি কয়াই থোরাং
অরেম্বদা মাঙ্বা তারবা !
“মুংশিবনিকো মহাক্তো !
অদুবু মাদি নহানী
করি করম্ তৌসিবা
করি করম্ তৌসিবা ?
করি উপাই, করি উপাই ?
করি উপাই, করি উপাই ?—

অঙৈবমক্ হৌগৎলবোইদ্রা
মী ওইনা লেপ্পরোইদ্রা ?
ইধৌ লাইমাঙ্ কারুগে
লাইথ'নবা উনরুগে
লাইগী লাইবাউ হংলুগে ?”

(৪)

দ্বাপুর যুগ্ লোইরম্ দাই
শ্রীহরি কৃষ্ণ শাযোন্লম দাই,
ভোজ নিংথৌ মপারী
তম্থীবদা হায়্নবী
পাথৌ কংস পাঙ্গন্বা,
থৌরি দলাই মচন্গী
কোলোই মিংলেন্ দেবকী।

মুংশিববী মচন্নী
মানা লুনা তৌজবী;
বসুদেব কৌবদা
লুহোং-কৈহোং পাঙ্থোক্লা'
অঙং—অউন্ তম্দুনা
থিল্লি মুপা মযুম্দা,
হরাও-মোমোন্ পাথৌ কংস
থৌদুনা দোলাই মচন্গী।

খঙ্হৌদনা লাউবক্খি
লাইবাও অমা অকাশতগী—
"তাও হে কংস নিংথৌ অপঙ্বা!
নঙ নদি নচল্বু থিল্লি হরাও-তয়াম্
অদুবু খঙ্জো অপঙ্বা!
নঙ্বু হাৎলগদবা
দেবকীগী মচানি৷

অহিংবমা খঙবরা

নিপান্‌শুবা নাওয়োম্‌দি
নিপা ওইনা পোক্কনি
মহাক্কুগী মথুক্তা
নঙ্‌গী য়াইবী কম্‌গনি ।

তারুবদা কিরবা লাইবাও অকাশতগী
মুংশিরবী মচন্দো ওইখ্রে য়েক্লবী মাগী
নাকন্দগী থাঙ্‌ শংদেবকী মশম্‌ লাক্ল-চিং
হাইগংখি থাঙ্‌ কংস নিংথৌ হাংলগে দেবকী

থরাইদৈ হেন্না পাম্মুবা
করি অমা লৈরিবা ?
অহিংবা জিব কনানা
শিনিংবা লৈবা চৌনব্রা ?
ঈয়ায়্‌দা ঈরাক্লরবা
গতি লৈত্র' মীত্ম ফাও
পায়্‌হনা নাপী মকা ফাও'
য়েংই হিংবা ওম্বরা ?

বসুদেবনা হায়্‌জখি
কংস য়েংনা মখুৎ লোন্না—
"তাবীযু পাথৌ কংস মহারাজ
নচল্মুপী দেবকী মরাল্‌ লৈজদবীনি
পাথৌ নঙ্‌গী য়েক্লবা দেবকী মাগী মচানি
হাত্তুনা মরাল্‌ লৈজদবী নচন্‌
লঙ্‌শিন্‌বীমু পাপ্‌ অমুক্ ।

অশিবগী লোনবু

তাবীয়ু—
ঐনা রাশতুনা হায়জরি—
নঙ্গী য়েরুবা
দেবকীগী মচাপুম্বা
হেক্ পোক্পগা
নঙোন্দা
শিন্নজগে অমত্তা বাত্তনা।
ঙাক্পীয়ু মরাল্ লৈতবী দেবকী
নচন্ নঙ্না মুংশিজবী।"

বসুদেব রাশক্ তাবদা
অশাওবা নেম্থা',
য়াখি মানা হায়্জবা।
মচন্-মশেন্ অনিমক্
থমৃখি কৈগুম্ শঙ্দা
মতম কুইনা
অঙাং অহু পোক্রীকাও ॥

লাইগী পাউ আকাশবানি
কনাগী পাউরোল্নো ?
লাইগী পাউ লাইবাওনি।
লাই হায়বদি কনানো ?
লাইদি মীনা শেম্বনি
লাইগী পাউস্ মীগী পাউনি
লাইবাওবু ওইরবদি
হেক্তমক্ চুম্লবয়া ?

# লাইগী পাউ-লাইবাও

পোকৃপদগী হৌত্বনা
গোকুল্‌ কৃষ্ণ হাংনবা
কংস মানা হোংনবা ;
পুতনা. কেশী, ধেনুক্‌
তৃনাবর্ত্ত, অঘাস্থর্‌
প্রলম্ব—অরিষ্ট- বোক্‌—
হিংচা-য়াইতম্‌ কয়া-না
কৃষ্ণ হাংকে হোংনবা
মমাক্‌ ওইবা কৃষ্ণ
নম্‌ত্বনা য়েরু’ ৎউইহন্‌বা.

ধনুর্যজ্ঞ তৌত্বনা
কুবলয়্‌ থেংনহন্‌
চান্থর মুষ্টিক্‌ মল্‌ কয়া—
অষ্টদৈস্থ হেন্দোক্নুনা
মশামক্‌ কংস নিংথৌ
চায়্‌ন-থোংফেম্নখিবা
চায়ন-পুংদা কৃষ্ণৈ থুত্তা
কংস থম্বায়্‌ নোংমন্‌বা,
লাইগী পাউনা ওইবরা ?

অশিবগী লোন্‌বু

(৫)

ধন্য কলি লোইরক্পা
ঘুর কুল হৌরক্পা
মৈত্ত-লোক্তা পান্খিবা
তুবী—চরাই হাক্তক্তা
অমাইবা অমাইবী মঙ্দাবা
হঙংখি নিংথেম্ মকাদা--
"তাবিয়ু লাইনিংথৌ !
লৈমরেন্ মুংথিল্ চাইবী
সিয়োম্নুং নারাদি
পিবা ওইরে খঙ্বিয়ু
মজাইবুঙোই, খুত্তা
মৈদিঙু য়াইবী মুৎকনি।
মচাই খুত্তা য়াইবী মাঙ্
তুবী নঙ্বু মুংশিংখিবা
লাইনা তাক্পা লাইতারী
লাইগী পাউনি লাইবাওনি।"

থরাইদৈই হেন্না পাম্মুবা
করি অমা লৈরিবা ?
অহিংবা জিব কনানা
শিনিংবা লৈবা হৌনব্রা?

তুবী চরাই মৈদিঙ্
শরি নামুং রাশক্খি—

"লৈমা—সিয়োম্মুং নাব্রাচা
পিবা ওইনা তাইবং শাং
মুঙোইবীদা চন্‌গনি।"

শরি নামুং অচেৎপা
তুবী রাশক্ অঙন্‌বা,
মুংশা থীরে মুংথিল্ চাইবী
রাতারখি থঙ্গাল্ লাকপী।

লোম্না শারো শীন্দুনা
তরেং শেনবু য়েন্দুনা
মাইবা মাইবী ফাজখি
মচীন মেন্‌খি য়োক্‌চবী।
থঙ্গাল্ মতাই শম্মুংদা
রাজোল্ শঙ্‌দৈ থৈইদোক্‌খি
নারা থঙ্গাল ময়োৌখি।

হৃজংখি নিংথেম্‌দা পাউ
শত্থুম্ ওইনা পোক্‌পরা?

খঙন-খঙ্‌না গতি লৈত—
লোংখি' মফম খঙদরবা
ঈখেঙ্ তৈয়র' শত্থুম্‌দো
নুংগোইবীদা চন্‌খিবরা?

থরায়দৈই হেন্না পাম্মুবা
করি অমা লৈরিবা?
অহিংবা জিব কনানা
শিনিংবা লৈবা হৌনব্রা?

অশিবগী লোম্নু

লাইগী পাউনি লাইবাওনি
লাইবাও কনানা তম্লিবা ?
মঙ্দাবনা তম্বনি
মায়্চৌগী মরানি
লাইনা তাক্পা লাইতাক্নী।

মায়্চৌ হায়্বনো কনানো
মঙ্দাবা হায়বনা করিনো ?

মীনি মখোয়সু তাইবঙমী
নিংথেম্গী রারম্ খঙ্বা মী।
নিংথেম্না পাম্বা তৌবা মী
লৈবাক্কী ফন' খন্বা মী।
অন্ধবিশ্বাস সমাজনি
সমাজতুগী মীওইনি।

লৈবাক্কী নিংথৌরেন মৈদিংঙু
লেপ্পমক্ চুম্মী খনখিবরা ?

অহিংবা জিব কনানা
শিনিংবা লৈবা হৌনব্রা ?
থরায় মাবু পাম্মুবনা
থাজদবা ওমদবরা ?

শাদ-লান্দা খোয়্জঙবা
তুবী চরাই-রোংবনি
লৈমা মাগী লম্চত্তা
তুরি কিশি কিখিব্রা ?

অহিংবদা থঙবরা

মীওইবগী, লমচত্তা
ওইথোক্কবা লৈবরা ?

নিংথেম্' রাখল্ খঙ্‌লবা
মঙ্‌দাবনা হায়্‌বরা ?
থাজৈশেংবা লাইবাওরা
তশেংনমক্ লাইতাল্লা ?

হোগায়বী লম্‌দম্‌দা
থক্কী তেন্না পান্দুনা
রাস্থরিবা নিংথেম্‌দা
তিমেন্ তানা খল্লুবা

মীগী থোইন্‌শিন্ ওইবরা ?
নাল্লা ওইজৈ রারী তা
পুন্নুং কিশি কিখিবরা ?
মাঙ্‌খি' নাল্লানি খঙ্‌লক্‌পা
নিংথেম্ রাখল্ খঙ্‌লবা
লৈমা মানা শীনবরা !
ফম্বাল্ ফম্ মিহৌবনা
তৌরোইদববু তৌরবরা ?
মঙ্‌দাবগী মঙ্‌জুম্বা
মায়্‌চৌ রাচুম্‌শুবগী
শোয়্‌ফদবা রাফম্না
শোয়্‌ফদবা লাইবাওরা ?

অশিরগী, লোকনু

কলি যুগ লোইরম্‌দাই
লাংদাই যুগ হৌরম্‌দাই
যিস্থ চহি চা-কুম্মাথোই
পৃথ্বি মপুম্‌ অসিদা
অন্ধবিশ্বাস মুৎলক্লবা
মীনা লাই ওইরবা
লাই কৌবা লৈরক্লবা
মীনা থা খোংনেৎনা
গ্রহ কয়া কোয়্‌রবা
যুগ কয়াগী অঙক্‌পা
অঙক্‌পা ওইবা তোক্লবা, ;
থা—থরান্‌ মরক্তা
কোয়্‌না চৎপা হৌ—
মালেম্‌গী রাংমদা
থুন্দা—লৈতা-ন থন্ন—'
শেম্‌ শার কান্‌সিদা
মীওইবা সমাজ মন্থুংদা
মালেম্‌ লৈকোয়্‌ পুংসিদা
তৌরিবা থবক্‌ খুদোংমক্‌
থঙ্‌দ...ঙা-দ লৈত্রবা
যুগসিদা চাওথৎলবা
লৈরি লম্‌দম্‌ অমদি
মৈত্ত লোক্‌পু কৌবদি
অন্ধ বিশ্বাসনা থল্লবা ।
থা-জরি হৌজিক্‌ ফাও

অহিংবনা খঙ্‌বরা

লাইগী পাউ লাইবাও
লাই-তোংল'—মাইবী পাও।

চহী লীশীং অনি' মমাঙ্
গ্রীস কৌবা লম্দম্দা
মিসর হায়বা লৈবাক্তা
মীগা লাইগা শম্নরম্মী।
লাইগী পাউ লাইবাও
খঙ্হল্লম্মা অথন্ন' মীদা
মাইবা—মাইবী—মঙ্দাবা...মায়চৌদা
হংনরম্মী লাইগী লাইবাও।

মালেম্দা বুদ্ধ-যিশু লাক্লতুং
শম্নখিদ্রে মী-লাই-গ্রীসতা
লোংখ্রে লাইপুম্ মিসরদা
তাকৃখিদরে হংনখিদ্রে লাইবাও
মালেম্গী মকম্ অতৈদা।

অদুবু মণিপুর সনা লৈবাক্
সোরারেন্গী মচা-মশু লৈব-লম্
লাইগী লৈবাক্ লাইরৈবাক্
মৈত লোক্ 'সিদদি
মী-লাই থা-নদ্রি
নোংমা নোংমা
হেন্ন-হেন্না নক্শিন্নরি।
শাগৎলক্নী লাইশঙ্
য়ুম্থোং থুদীং

অশিবগী লোন্বু

হরাওরি লাই
সনা কোন্নুংদগী পোইথোরক্‌পা
কুম্বী কালেল্‌ নাইদা।

অমুক্তা উরম্‌দবা লাই কয়া
চীংগু কয়া ঈথৌ কয়া
শরোয়্‌, গুারোয়্‌ ভুৎ প্রেত, লিন্‌ লাইরেন্‌ হঙোই চুন্‌—
অমুক্তা হরাওরম্‌দবা লাইরেম্মা কয়া
ইবেম্মা ইবেঙ্কৌ কয়া
মফম্‌ লম্‌দম্‌ কয়াদা
মথং মথং থোরক্লী
মৈত লোক্তা য়াকাররী
লাইগী লাইবাও তাক্লরী।
লাইথংনবী মাইবী কয়া
মীনা ঈম্নৈ লাইথোঙ্‌ থুদীং
হৈরুক, হৈরা—অথেম্‌পোৎ
তাইরেন্‌ পুংফাই ঈশাইফু
লাংথ্রে শংব্রৈ লৈশং থিক্‌রায়বা
মৈত লোক্তা তাওথরে
লাইগী লাইবাওনা নিল্লরে॥

লাইগী পাউদি কনানা তম্মী
ইমা মাইবীনা তম্বনি;
লাইথংনবা মঙ্‌দাবনা হায়বনি।
ইমা মাইবী কনানো
লাই থংনবা মঙ্‌দাবা কনানো ?
ইমা গুরুনা তম্বীবা

শেঙ্গীন্ উপাই ওইরিবা
লাইরোম্ শুন-কাম্নবা
মাল মাহ্ তাইবঙ্ মী
মৈত লোকী মচাদি ।

মৈত্ত-লোক্ অসিদা
লৈরি কয়া মৈতৈ কৌবা
পাপ্তি গনক্ মগী চং
যজ্ঞ-পূজা ভৌরিবা
মাইবী মাইবা মরা লৌ
ইরাৎ-চবান্ ভৌবদা,
য়েরুম্ খয়োম্ লাকপদা
মথৈ-লৈত্ত-থা-জরিবা
চিংনবা কৌবা লৈত্তনা ,
মাইবী শেল্ হপ্লুবা
মাইবী লাইফাও লোরবা
মিংশেল্ কাঙ্লোম্ য়েনলিবা ।

মখোইগী মরক্তা
লাইমিক্ লৈবা করানি
লাইশ্রেং খঙবা কোনাইদি ।
বিজ্ঞান্গী লৌশিং লৈরবা
য়াংপা নত্তে মখোই-লক্তা
অন্ধবিশ্বাস চুম্দে থন্বা ।

অহুবু মখোয়্ পূরা
তুংকী য়ারী থাজরি
তম-লাই কিনরি

অশিবগী লোম্,

"নহাক্নে ইয়া তাইবঙ্ ইমুংয়াই
নবুধৌ শিদবা ঐনা
অঙুনোং হায়্খিদবরা ?
ওইগী লম্দাং ওইবী
লাইরেন্, ঐগী ইশু ওইবী
তালোই মরুম্বী মহাক্বী
সিয়োম্নুং নারা চা
য়েংকী লম্দাং ইশু ওইবা
পম্থৌ ওইবা মহাক্না
য়েক্লৈ য়েক্লৈ খৈনা য়েক্লৈ—
নারাসিনা তাইবঙ্, শাং
পম্থৌ মাদি মুংশিখিবা
নোংমন্গনি হায়্দবরা ?"
ইধৌ পাউদি অচুম্বা
লাইগী লাইবাও অহকৃপা
করি করম্ তৌসিবা
জ্ঞান্ মাঙ্ইকো থন্বদা ।
"মুংশিদকো মহাক্কো
ইখুৎন-মেৎ শেম্খিবা ।"
লাইথংনবা মহাক্না
নাকোং মরিদৈই হেন্দনা
রা তাম্নে—নাপ-চীক্না ।
"মরাল্ অমা কোক্নবা
রা অমদি লৌসিদা—
থাদবা য়াদে থা-খোনে
নঙ্সু রাই শঙ্গনে ।"

অশিবগী লোলমু

চীংলোন্ মাপন্ য়াংমদা
তাম্নবা লম্‌দম্‌দা,
শি—হিং খওদ · য়াম্ব কৃতা
পলেম্ পম্মৌ তনিক্ তনিক্
খৌনাউ শ্রুক্ কং
লাইথোঙ খুদীং চঙ্জ নিজ
শ্রীগোবিন্দ কৃপা পাঙ্গল্ ওই
লৈরিঙৈ চিন্‌বান্ থক্-খা কং

মালঙ হুমোই পাউপুৰা
পুরক্লে চীংলোন্ লাম্না
লাইগী পাউ অহকৃপা
করি পাউথুম্ করি পাউথুম্ ?

শিৰা হিংবা নোংদম্বৈ ।
পাউ লাক্লে চমম্‌নৈ
য়াথল্ লীশাং কিশি মাঙ
থবক্ মঙম্ মশান্দে
মীনা করি হায়গবা ?

য়েংন-য়েংনা হৌখরে
লাইগী পাউ লৌখিদরে
পুন্নীংগী য়া ইনখিদরে
য়াথল্‌না জয় তৌখরে
বিজ্ঞান্না মতেং পাংখরে ।
সিয়োম্মুংদা মাঙলরোই
তাইবঙ্ মালঙ্ শাৎ
অহকৃপা লাইগী লাইৰাঙ
ওইরম্বরা মীগী পাউ ।

অহিংবনা খঙ্‌বরা

# অমুত মঙ্গলগী-তুং

"ঐদি হুনগে ইমানুয়ায়্দা
থাম্বা তাম্বা য়োঙমদনা
কুমজা কম্মা হন্দোক্লয়ে
মহাক্পু সিদামগী শাম্বা ।
শিরজাগী য়াথোক্
শ্রীমতী তন্ন' শীতম
লোথাকম্ থডক্রে ঐদি
থম্মোই কম্লাং-তশোয়্রে ,
লাওজরয়ে উমীংকনা
মাবু, চাম্থোইবী ঐগী
হুনগে ঐদি হুনগে
ইমানয়ায়্দা থাম্বা তাম্বা
য়োঙমদনা—পোক্লুকা ।
ঐদি লাক্পনি নহাক্লা
কৌরুগী, সূর্য্যমুখা
পোংলুম্ থাংথরে,
নশা জম্মাং তম্মাংলে,
ঐগী খোংচৎসিগী খোদাং
পাক্লখো'ক্ল হুংসিদা, অমুক শাংনা
লৈথরগী কান্নবা লৈত্রে,
হে বন্ধুরে, ঐদি চংলগে ।

মনিবঙ্গী লোকবু

থায়গন্থ অমুক্ তুইমত্রো
থাদোরবা ইরান্নার ।"
সমুদ্রগী মচা সুপী
লোত্তুনা লৈগ্রবী ঈয়ায়্দা
শাপা ব্রাহ্মন্ দুর্বাসা
ময়েক্ মহাও য়াওরবা
লাইশিং স্বর্গদা লৈবা
লোংখ্রবদা শ্রীনা ঈয়ায়্দা
লোয়্‌ননা অহান্‌বা প্রজাপতি ব্রহ্মা
হন্নচ্চরুই বৈকুণ্ঠ মবুংগোদা ।
মবুংগো য়াথং তুং ইন্না
মন্দার চীংনা ঈয়ায়্দা
বাসুকীনা থৌরী ওই
নৈথি ক্ষীরোদ্ সমুদ্র
অম্‌তগা লোয়্‌ননা
লাক্লবা শ্রী স্বর্গদা ।

য়েংনা য়েংনা লুপথরক্লবা
মন্দার চীংজাও
বাসুকীনা কাওমুক্লবা
বাংমদনি মথোইগী শক্তি লাই হিংচাবা ।
জ্ঞান্ মাওংলৈ, পণ্ডিথরে
মথোয়্‌পুম্বা শাস্ত্র লৈজরে ।
জ্ঞান্ মাওংলবা চৗয়রবা
লাইহিংচাবা
নীংশীংলক্লে গান্তি লৈত্রবা চণ্ডকিদ্—

পূম্না, খোম্লেল "মত্তা ওইনা,
শোঙবক্নে লোইনাইদ্রবা মিংথৈ।
কৌজরক্নে থম্মোই য়াওনা
কন্‌বীয়ু কোক্‌লীয়ু
পাংবীয়ু— হাপীয়ু
পাঙল্‌, পাঙ্‌থোক্‌পা ওম্নবা
মহাক্কী থৌদা।

"লীলানি ঐহাক্কী
ঐনা শাম্নরিবনি।
ঐ নত্ত' কনানা
ওন্থম্‌ থোক্রবা
থৌরাংনি শীল্লিবা।"

ঈশিং কংফাল্‌ য়া-কাবা
সমুদ্র—য়ায়্‌দা—ঈফু-নাবা
মাগী শক্তি হাপ্লবা
থেঙ্গুদো থোয়্‌চংনবা
তারুরে মাগী নঙ্গন্দা
মন্দার্‌ চীংজাও চাওরবা।
ঈন্‌খংলক্লি তপ্পা-তপ্পা
লূপথরক্লীবা নন্দার—
লাই-হিংচাবা হরাওরে
থেঙ্গু লাইবু খুরুম্‌লে;
বাসুকী থৌরী চিংলক্লে
সমুদ্র অমুক্‌ নৈরক্লে।

নিংশা কূর্ম-হোল্লবা বাসুকী
নৈথায়্রবা সমুদ্র মুংদগী
কালকূট তুঙ্গী নোংলৈ—মালেম্ ছীন্নক্লে
জগত পুম্বা কুপ্নক্লে।
নিংশা ফুল্লবা লাই-হিংচাবা
শদো থোংলবা থরায় পান্বা পুম্বা
তারে রাম্থ-রাম্থা,
লাউরক্নী কন্বীয়ু, কন্বীয়ু,
য়াথংবীরকুই ইয়ু
"চৎলু কৈলাস থাম্দা
হায়্জক্ক লাইপুম্বদগী থোইরবা
মহেশ্বর ভগবান্ সদা শিব।"
বাসুকী থৌরী না-ম্-নাম্ য়ান্
মিৎ উইশিন্—শ্বর ফুন্গৎ লাই হিংচাবা
কৈলাস মায়্কৈ ওন্দুনা—
"হে ভগবন্
নঙ্দি জগত্কী মপুনি
জগত্পু শেম্বীবনি
নহাক্কী শিবনি
পুন্য ফংনীংঙাইনি;
পুক্নপা, মীওইবগী চঙজফম্
খুরুম্জৈ নঙ্বু ঐখোয়্না।
হে জগত্কী মপু বিশ্বপতি
নঙ্দি—লাই পুম্বৈই লাইনি

কোক নোম্না হার্ জগ্নী
কন্‌বীয়ু ঙাক্‌পীয়ু
ঙাক্‌পীয়ু কন্‌বীয়ু ।।"

লাইগী-হিংগাবেই স্তব্
ভাবিরে শঙ্কর !
কৈলাস থা-মা—লেঙ্ লক্লে—
জগত্‌কী মঙ্গলগীদমক্
থক্‌চিন্‌খ্রে ওম্না হু পুম্বা
ওইরে শঙ্কর নিলকণ্ঠ
কোক্‌পীরে অরাবা
কন্‌বীরে লাই—হিংচাবা ।
চোক্‌থরবা লাই হিংচাবা
বিষ্ণুনা হাপ্পরে অনৌবা পাঙ্গল
নৈরক্লে সমুদ্র মৌহৌনা কন্না।

অরাংপা লৈত্রবী হিরন্যগর্ভ ওইরবী
সমুদ্র, লাই হিংচাবনা কন্না নৈরক্‌পা,
বাসুকী থৌরীনা তক্‌পনা
মৈ হৌরে মন্দার চীংজাও
চাক্‌থেক্‌খরে ওম্না, উ, রা নাপী শীংবী
মন্দার চীংদা হৌরম্বা পুম্বা ;
শোঁদোক্লবা শারবা মহীনা
সমুদ্রদা তারক্‌পা—সমুদ্র লাইজ
ওন্নে থাগা সমুদ্র।
নৈরক্লী থাগা সমুদ্র

চক্রুওম, মন্দার চীংনা
বাসুকী থৌরৌনা চিংনবদা লাই হিংচাবা।

খিংবা অমুক, ওয়ক্রে,
খাম্বা ওম্ক্রে
নাম্বোকুনা পাইখৎলক্রে অভিয়া তম্না
মশীং লাক্ওম্ক্রবা মশেক্ পুরবা
ঈংলবা মণ্ডাল্না মাগী ওইবা
লংলবা চন্দ্রদেব-থাজ
নৈখাইরবা সমুদ্র ঈয়ায়্দগী।
পোখাবা মশক্ খুওক্রবা লাই-হিংচাবা
হেন্না কন্না নৈরক্রী—
ঈথক ঈপোম্ ঈরৈলক্তগী
থীগী সমুদ্র মুংদগী
অঙৌবা থম্বাল্ লকা থোঙনেংনবী
থোরকৃখি বিষ্ণুগী চান্নবী লক্ষ্মী দেবী।
মিংফম্ হোংদ-য়েংনখি লাই-হিংচাবা
মমিং কুপ্তা, থোরক্রী মথং মথং দেবী সুন্না,
লোয়ননা ঙৌরবা শগোল উচ্চৈশ্রবা
'শগোলসি ঐগীনি—লাওথোকখি দেবরাজ
ফাত্তুনা থমখি মনাক্তা উচ্চৈশ্রবা।
পোখাদে, নৈরি সমুদ্র লাই হিংচাবা—
মায়কৈ মরি মণ্ডালনা শন
চাংদমনিঙাই নৈতনা ফজরবা
মর্ত্তলোক্তা ফংক্রবা কৌস্তুভ মণি

থোরক্খি ঘী সমুদ্র মুংদগী
ভাম্বোইখি থোরক্পমক্তদা
নারায়নগী নীংখিবা থবাক্তা।
মথংদা সমুদ্র মুংদৈই থোক্লকখি
পারিজাৎ পাম্বী স্বরভী যন্খী,
"স্বর্গগী নিংথৌরেন্গীদমক্তনি।"
অনিমক্ লৌখি দেবরাজ ইন্দ্র
থুংহন্খি নীংবা মীপুম্বৈই অনিসিনা।

অমৃতত্তবু পাম্জবা হিংচাবা
কল্লক্উদে য়েৎলুদে হৌজিক্ ফাওবা
লাইতনা মথং মথং লৌখিবা
মথংদা থোরক্লে ভৌরবা চাওরবা
ময়া মরি পান্বা ঐরাবত শামু
থুদক্তা ইন্দ্রনা ফাহনা ওইখি মাগী।
থোক্লক্ত্রি হৌজিক্ ফাওবা অমৃত
রাবনা শদৌ থোংলবা লাই-হিংচাবা।
লৈজবা পাঙ্গল্ খাক্ত-লেপ্তনা নৈরি
ঘীগী সমুদ্র, লোইনাইদ্রবা আশানা থন
থোরক্খিনি অমৃত নৈর-নৈরগা।
মমৈদা চোংথোরক্লে মুত্তি নাইনা
ধন্বন্তরী দেব—অমৃতনা থল্লবা
ভৌরবা চক্ষু পায়রহনা
লংথোক্লম্নে বাসুকী থৌরী
চোংশিল্লক্লে হিংচাবা

অহিংবনা থঙ্বরা

চেংনা পায়ত্রে অমৃত চরু

লাইশিংসু চেনশিন্নক - য়ানরে চরুগী নাকিন্ -
হায়রকই হিংচাবশিংনা লাইশিংদা—
"নখোয় ঐখোয়্ পুন্না নৈনরক্কী সমুদ্র
হৌজিক্ ফাওবা নখোয়্তনা লৌরি
সমুদ্রদৈ থোরক্পা পুম্বা—
কল্পবা শগোল উচ্চৈশ্রবা
মমল নাইদ্রবা পারিজাৎ লৈরাং
অৱাবা কোক্তম্বী সুরভী
ফংঙম্দ্রবা কৌস্তুভ মণি
মপা লৈত্রবা ঐরাবত শামু
ঐখোয় কৈন্স্ হায়্দে য়েস্তে -
হৌজিক লৈহৌরবা অমৃত অমদি লক্ষ্মী
ঐখোয়্না লৌকম্ থোক্পনি
ঐখোয়্গী শরুক্কী, ঐখোয়্গীনি ।
লাই পুন্নমক্না খুন্নকই খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা-
"অমৃত অমদি শ্রীতবু ফংনবা
সমুদ্রবু নৈবনি ঐখোয়্না
য়ারোই নখোয়্না লৌবা অমত্তা ।।"

অমৃত মুন্নবা য়াথোক্কা
লাই-হিংচাবা উংথংনরক্
থুংলাই পায়না-থুং থোক্নরমদাই
শক্তি পুম্ তিন্নবা মপা লৈত্তনা
ফজরবা নারায়ন, অঙক্পা -

অশিবগী লোনমু

মীতয়্না মোহিনী য়াম্না পুক্নাক
অঙকপা মনা ফজরবী
মুক্তীগী শকপ্ লো—পুথকা
লেপ্লে মাই হিংচা মাঙ্‌বা।
ফজরবী গ্রপী উবদা খুম্মংবরা
পঙ্‌থরবা অপঙ্‌বা হিংচাবা
পীথোকপ্রে অমৃত চমু ফজরবীহুপা—
য়েন্নু হায়রবা অমৃত।
নারায়ণা ওইরিবা ফজবী
শুম্মাং শকুম্ লৌমিবী মোহিনী
মোমোন—নোক, হংলক্‌লি—
"ঐবু অশুক থা-জবা
করিগীনো হিংচাবা।
অমৃতসি পুত্তুনা
নখোয়্ কনামত্তা থুংলম্‌দা
ঐনা পীনীংবা মীদা লোইনা পী
শাওরোইদ্রা - নখোয়্।"
শুম্মাংলবী মোহিনী শকুম্‌দা
শুম্মাংলবা পঙ্‌থরবা হিংচাবা পুম্বা
মবুক্কুংদা থাজখি লেপ্পা—
"অশুক্ ফজরবী অসিনা
করম্না কত্ত-নমথাক্ তৌগনি ঐখোয়দা।"
হায়খি—"য়ারে নঙনা তৌবত্তা
খৌরাংবনা চাক্লে, য়েনবীরো অমৃত
ঐখোয় পুম্বদা।"

মোহিনীনা কমছক্নে মখোয়্ পুম্বা
পরেং পরেং লাই হিংচাবা পংথৈ পংথৈ
য়েন্নক্লি অমৃত মথং মথং লাইশিংদা
লাইগী পংথৈ লোইবগা মোহিনী
লোইখরে অমৃত য়েন্বা খুদক্তা ।
হিংচা'নক্তা হৈশিংবা লাইবু থৈনা
থাজদবা, কংহৌর-লোইরে রারেপ্পা
লৌশিং চাওবা রাহু লাইগীরক্তা লাইশা
থক্খরে অমৃত খুজোক্ মাগী শকক্
অহবু উহৌবা মুমিং-থা অনিনা
লাউরকলি লাইয়াম তানা—মোহিনী য়েংনা—
"লাই নত্ত-লাইশা লাইরক্তা ওন্না-কম
থকখরে অমৃত রাহু হিংচাবা ।"
খুদক্তা মোহিনীরূপ থাদোক্, চক্রপায়্,
বিষ্ণুনা ককখি রাহুগী মগুক
অমৃত য়োৎত্রিগৈ,—খৌরাঁদা লৈরিগৈ,
কল্লবা রাহুগী মগুক্
পাইখৎখি অতিয়াদা রাংনা
লাউরক্খি পাইনা পাইনা অকি থোক্লেন্না
"ওঁসদগী হৌনা মুমিং-থা
ঐগী লেঙ্ত্রবা য়েক্লবনি ।"
মকোক্ য়াওত্রবা রাহুগী হকচাং
থন্নো-মালো ওন্না তাখি লৈমায়্থক্তা
থক্ থক্ নীকৃখি পৃথিবী পুম্বা ।
অমৃত মুথবৈ অকনবা লাল্
থেংনখি লাই-হিংচাবা ক্ষীরোদ সমুদ্র মপান্দা

অশিবগী লোনবু

নাকন্ অনিমক্তগী খোয় খোয় খুংলাই
থাঙ, তা তেন্ লিশীং লিশীং
য়ায়খি—হুয়খি-কাপ্পখি থানখি
অমনা অমগী মশাদা।
পুয়ীন্ নিন্খি লাউ-খোংবা অরা-অনা খোক্লেন্না।
হাংলু থিল্লু ককৃথংলু
তুহল্লু ভক্শিল্লু চেন্শিল্লু।
খুংলাইনা শোক্লবা, শিরবা হিংচাবা
কয়ানা লান্কম্ লৈমায় কুপ্খি।
লান্ফম্দা খুংলয়ে লাইগী মীচঙ্দা
অঙক্' খুংলাই পায়্রবা নর-ন্যরায়ন
নরগী তেন্ নারায়ন্গী চক্রনা
হাংলক্লে হিংচাবা মশীং লাক্ওম্দনা।
হন্বা লৈত্তে মুর' 'কল' হিংচাবা
লিশীং লিশীং অভিয়াদা পাইখং
অচৌবা চীং-উ লংথরক্লী মপৈ মপৈ
নীক্হন্খি মালেম্ ফিবনা নীক্ল 'লাইপুম্বা
কন্খি নরগী তেন্না' ককুনা চীং—উ পুম্বা।
নারায়ন্গী শাওরবা সুদর্শন্ চক্র মাঙ্দা
থাঙ্বা ওম্দ্বা কিরবা হিংচাবা
লাইয়াম্ খুত্তা মায়থীবা ফংলবা
চেন্দুনা লোংখি—লৈয়্যুংদা সমুদ্র লৈখাদা।
লান্ ওয়বা লাইশিংনা হয়াওরবা
থম্মুয়ে মন্দার চীংজাও হায়গী 'ফম্দা

স্বৰ্গ পুম্বা পুম্‌ মিন্ নিন, হয়াও মাথোই কা
অমৃত চক্ষু শিরখি নারায়ন্‌গী খুত্তা
থম্বীনবা চেৎনা লাইয়াম্‌গী মক্তা ।।
নম্‌থাক্ তৌবিরবা লৌনম্বীরবা
মীনম্বীরবা—লাকচবীরবা

মখোয়্‌না ফংফম্‌ থোক্‌পা
মখোয়্‌গী শকরী খঞ্জবা পুম্বা মুন্‌বীখ্রবা
স্বৰ্গদগীসু তাম্থোক্‌পীরকলবা
হিংচাবশিং—লৈকম্ লৈত-লৈকুৎ কোঙ্‌ৎ
সমুদ্র লৈখাম্নুংদা লোত্তুনা লৈরবা
হেন্‌গৎলকুই মখোয়গী অশাওবা নোংমা নোংমা
লাইশিংগী মথক্তা মখোয়্‌বু বাহন্‌বা
য়েক্লবা ওইখি চারোন্‌-শুরোন্‌ কাওবা ।
তৌরকলে উপদ্রপ মফম্‌ পুম্বদা
লমন্‌ শিংনবা লাইগী মথক্তা ।
লাইশিংতা নত্তে মখোয়্‌গী য়েক্লবা,
মীসু লাইগী ফনবা খল্লিবা
মীসু লাইগী মীচঙ্‌ চঙ্‌লিবা
লাইগী পেন্নবা যজ্ঞ আৰ্ঘা পূজা
তৌরিবা, লাইগা মরী লৈনবা পুম্বা
য়েক্লবনি, য়েক্লবনি হিংচাবগী
মীওইবগী অফবা থবক্ হিংচাবগী মাঙ্‌নবনি ।
মী-লাই থিদে খুদোং চাবা ফংবগা
লমন খুম্মী—মাঙ্‌হল্লি থুগাইরি চাইখায়্‌রী
লাইগী মরী লৈনবা—মীওইবনা শেম্বা পুম্বা ।

মীগী ময়ক্তা মী হিংচাবা কয়া
শেম্‌গৎলি লেপ্পবা লাইগী মায়োক্তা.
থুদোংচাবা ফংবগা—যজ্ঞ থুগাই
পোৎ মুল্লি-লুট তৌই লাইশঙ. মৈ থায়.
অমোৎপা চাইথায় ফত্তবা তৌই ।
খঙহৌদনা থোরকুই মীরক্তা, হাৎলি মরাল্ কৈত্ত কয়া
খাই মাঙখি-খঙহৌদে কনানো—কিহল্লি, মিপাইহল্লি ।
অওইবনি জগৎকী মপৃনি হায়বা বিষ্ণুফাও
মীচঙ. মীথায় নাইদে হায়্বা লাই মরুফাও
লাইগী মীচঙ. চঙ হুনা হিংচাবা কয়া হাংখিবা
কাওবা লৈত্তে খোয়্দো শীক্র' হিংচাবা
ওইখি লাইগী য়েক্রবা মত্তম্ পুম্বা ।

স্বর্গদগী তাম্লোক.পীরক্লবা লৈফম্ লৈত্রবা
মখোয়্গী শরুক. লোইনা মুন্বীগ্রবা
হিংচাবা পুম্' পুল্লরে মর্ত্ত লোকতা
শিম্মুংনা মীওইবগী মালেম্দা
মশক. মমীং কয়া থোন্ লৈররে মীরক্তা
মীওইনা তৌররে হিংচা-বৃত্তি তত্তনা
লাইগী মাঙনবা লাইগী ফত্তনবা
লাইগী মপাঙ্গল্ হাপ্প' মচিঞ্জাক্ পীরিবা যজ্ঞ
লাইদা অথেম্পোৎ কারিবা ইন্নাৎ-চবান. পুজা
হোৎনররে মুথৎনবা মাঙহন্নবা ।
শল্দোক্লী ওাঙলী হায়্রী ইরি—তত্তনা
"অরাম্-থুভম্. ফংবা ওম্লোই আর্যা পুজা যজ্ঞনা
অরেম্বনি অরেম্বা যজ্ঞ মৈদা ঘী হৈবা

অহিংবনা, খঙ্গ বরা

চেঙ্-থোইদিং মৈ-থাবা মাঙ্হন্‌বনি অয়েম্বদা।
লাইতবু চাওনবা ব্রাহ্মন্তবু পুজা তৌনবা
ব্রাহ্মন্না শেম্বা নিটি নিয়ম্ মন্ত্র-যন্ত্র
মাঙ.নবনি অচম্বা মীওইবগী
চরা হেল্লবা মীওইবদা লাইনা চরা পীবরা ?
ব্রাহ্মন্‌গী মন্ত্র অশীর্ব্বাদতনা
অরাম্বা কোক্‌হন্‌বা ওম্বরা ?
নোম্বা কন্‌বা থুংগু মন্না
হিংজবনি মুঙাইবনি চাওখৎপনি
রাত্ত-পাদ-অরাম্ খোরাং লৈতবা
মাতনা ফংবনি শান্তি
মাতনা ফংবনি অরান্-খুভম্ ।
লাম্বনা চরি তংলবা
ঈরাৎ-চবান্ আর্য্যা পুজা যজ্ঞনা
ফংবা ওম্লোই অরান্-খুভম্ ।।"

মীওইবৈই লক্তা লাইবু নীংবা
ঈরাৎ-চবান্ যজ্ঞ পুজা তৌরিবা
থাজরি মখোয়্না চৎলি নীটি-নিয়ম্
রীতি-নীটি লাইনা শেম্বা, তৌরি পুজা
ব্রাহ্মন্না রীতি নীটি অচুম্-চুম্বা তাক্লিবা
লাইশিংসু মীরক্তা মী ওইনা লৈহুনা
য়োক্‌থৎলি ঈরাৎ-চবান্ যজ্ঞ পুজা
শন্দোক্লী ভাঙ্লী হায়রী-ইরি ভজনা—
"আর্যা পুজা যজ্ঞতনা ফংনি মুক্তি শোয়দনা

রীতি নীটি মীওইবা সমাজগীনি
রীতি-নীটি অচুম্বগীদমক্নি ।
অচুম্বদি ঈশ্বরনি—ঈশ্বরদি অচুম্বনি ।
পুক্ থম্না চাবা থকৃপা তুম্বতনা
কদৌমুংদা ফংবা ওম্লোই পুক্নীং শান্তি
আর্যা পুজা যজ্ঞ মন্ত্রতনা
পুক্নীংবু লম্জিংবনি ঈশ্বরবু ফংনবা
অচুম্বা ফংনবা পুক্নীং শান্তি ফংনবা
অরান্‌বা খুভম্ ফংনবা ।"

মীনা মীদা হংলি ম্লাকংলি তথনা
"করম্বা লাইনো অচুম্বা চংলিবা
হিংচাবা শক্তি-য়াওদনা লাইথনা
নৈবা ওম্ত্রবা সমুদ্র নৈথি লাই-হিংচাবা পুন্না
অরা-অমা শরুক্ তথাই য়াথি হিংচাবনা
মৈবনা ফবা পুম্বা লোথি লাইথনা
থুংথিদে হিংচাবগী শরুক্
অমৃততবু ফংনা সমুদ্র মৈলি
হৌথি হিংচবশিংদা লাইশিংনা
অমৃতকো, ফংলগা করিগীনো
হিংচাবৈই শরুক্ থুংথিদ্রিবা ?

মীনা মীদা খুম্‌লি পাউথুম্ পীগি—
"অগুন্‌-অরায়্‌-খণ্ড্‌দনা তৌনিংবগী তৌবা হিংচাবা
মশাগীদা য়েংবদা মীগী থম্‌বা ওম্‌লনা
মশাগী কান্নবৈদমক্তগা দগুযুক্তি তৌরবা

উন্সাগী পেন্নবদা রীতি-নীটি চণ্ডবা
জগত্কী নিয়ম্ থুগায়বা হৌনবা খণ্ডবা
মখোয়না করমা পীরুনি—অমুত
লৈখিনবা—হন্নাইদ্রবা থৌনা
লাকণ্ডমদ্রবা লাম্বা লৈত্র' পাঙ্গল্
শিরোই নারোইদবা পুন্সি
থুগাইরুবা লৈশেমগী নিয়ম্
শিজিন্নহনা মাণ্ডনাইদ্রবা পাঙ্গল্ লৌশিং
মুৎননবা লৈশেম্ নোংশেম্ পৃম্বা
মখোয়গী রাখল্ য়াওদ্রবা থবক্না
কপ্হন্নবা পৃথি, পৃম্বা
রাহন্নবা মীওইবা পৃম্বা।
জগতকী শক্তম্ মাণ্ডনবা
রীতি-নীটি লৈশেম্-নুংশেম্
নিয়ম্ নাইনা লৈরিবা কালচক্র
লেণ্ডনা থন্নবা—হিংচা-শক্তি মাণ্ডহন্বা
দস্যু বৃত্তি মুৎথংপা
লম্হেন্বা হিংচাবা রারক্পা
লাইগী মখোনি—
লাই ওইরবা মীওইবৈ থৌদাংনি—
লাইগী শক্তি কন্নবা
অমুতনী" মহাও
লাইতনা কংগদবনি।"
মীনা মীদা হংলি রাকংলি অমুত্
"দস্যু-বৃত্তি থাদোক্রবা

আশিবগী ম্ন্যানবু

রাখলগী শক্তি চাউরবা
জগতকী ফনবা খল্লগা
হিংচাবনা লাই ওইবদি য়াদবরা ?"

মীনা মীদা খুম্লি পাওখুম্ পীরি
"ফংবা য়াই হিংচাবা ওইনা
লাইত্তনা ফংফম্ থোক্পা কয়া—
প্রহলাদ বালি হিংচাবনি
ফংখি লাইত্তনা ফংফম্ থোক্পা—
মীনা লাই ওইবা য়াই
লাইনা মী ওইবা য়াই
হিংচাবনা মী ওইবা য়াই
মীনা হিংচাবা ওইবা য়াই ।
মী ওইরবা হিংচাবা
রাখলগী শক্তি শিজিন্নরবা
পান্জলগী শক্তি লাগ্গোল্লবা
জগতকী কান্ননবগীদমক্তা
মী ওইরবা হিংচাবদো
লাইগী খুফম্ ফংগনি ।"

অহুবু লাইনা লাক্চখিবা
কাউবা ওমৃত্রবা হিংচাবা কয়া
মীরক্তা লৈহুনস্থ মী ওইনা
কাউবা ওমদে—শাওবা কল্তে—
মখোয়বু লাক্চগ্রবা লাইশিংদা—
রাশল্লী মখোয়গী—

"কংগ্রবস্তু অমৃত
পাম্বোম্‌গী পাজল্‌তনা
লমন্‌ থুম্না মায়্‌থীবা পীনি লাইপুম্বা
বিজ্ঞান্‌গী শক্তিনা
ওইহনা পোকা পাজল্‌ খুংলাই
চাইথায়্‌খিনি মালেম্‌সে
ওংখিগনি—মীওই-পুম্বা ।
লৌহনস্তু মথোয়্‌না মীগী শরুক্‌
হিংলিংগে মতম্‌দা
ইশাগী মুংঙাইনবা
তৌনীংবতা তৌবা
মসিতনি পাম্বিবা মসিতনি খাম্বিবা ।"

লেপ্পা লৈতে লাই—হিংচাবগী লান
মী ওইনা মীরক্তা লৈরক্তাও
চপ্থিগনি—তৌখিগনি লান্‌
মীওইবা জাতিনা লৈরিমখৈ
মিংনা উবা জগতসিদা ।
হাংনথিগনি—ওংনথিগনি
মী ওইরবা লাইশিং
মী ওইরবা হিংচাবশিং
মী মরক্তা লৈরিবা
মালেম্‌গী মরুংদা ।

"অমৃত" মন্থন্‌ মতম্‌দা
লাক্‌চবিগ্রবা হিংচাবা

অশিরুদ্দী চানাম

মখোয়্গী হক্ মুন্বীগ্রবা
ফংফম্ থোক্পা ফংখিদ্রবা
লেপ্পা লৈত-লান্ তৌরি
মিৎনা উদবা মালেম্দ-ফাও
উত্তম্দ্রবা জগত্তা ফাও ।
মুংগী জগত্ উত্তম্দবা লম্দা
লাম্হেংনরি লাই হিংচাবা
থেংনখিনি, য়াম্নখিনি
মীওইবা জাতিনা লৈবিতেঁমখে ।
তান্খিগনি লেপ্পা লৈতা
ফংদ্রি-ফাও—ফংফম্ থোক্পা হক্ ।
শান্তি লৈবোই মালেম্দা
মীগী হক্ মীনা মুল্লিফাও ।
লাইশিংনা হক্ মুন্বীখ্রবা হিংচাবা
করম্না ঈংনা লৈগনি—
হক্তি মশাগী
খ্বাইদগী অথোইবা লন্নী
মী লাই-হিংচাবা
লন্সিগীদমক্—চায়্নবনি তত্তনা ।

অত্থবু—তাআ-রো বসুন্ধরে
ঐনা হন্খ্রবসু, ইরান্য়াইদা
নঙ্গী লৈররোই রাম্বিওাই অমুক্
ঐহাক্ লৈরি
মীওইবা খুদীং—

ঐতনা লৈবগী
জিবনা হিংমনি।
ঐনা তাক্লী জিব পৃম্বা
ঐনা তাক্লী মথোয় খুদীং—
হক্ চাংগী পান্নল ময়োং-তা—
রাখলগী শক্তি হন্থরক্
অপাম্ মিতৌ লৈরক্লা
অচুম্বতা পাম্নক্পা মতম্
থিরক্পনি কদাইদনো—
মতমত্তুদা ঐনা তাক্লী
'য়োৎরক্লে মতম.
হন্থিনবা নরান্য়াইদা
মী ওইরবা হিংচাবা
লাই ওইরবা মীওইবা
হল্লো হল্লো নরান্য়াইদা।
লৈজনবা ইনাক্লা।
ঐস্থু হল্লগে ইরান্য়াইদা
কপ্পগনু বস্থুন্ধরে
কোক্লেদনা নঙ্গী বাবা
রানিংঙাই করি লৈরি—
হিংচা-য়াইতম্ উৎপাৎনা
লুম্থরক্ খুদীং মালেম্সে:
মীওইবলক্তা, লৈরিবা ঐল্লা.
থাংথগনি ত্তন্না
নঙ্গী পোৎলুম্ অন্নাম্বা
য়াংহন্গনি কোক্হন্গনি নঙ্গী অবাবা
অমুক্ রাক্নরমু বস্থুন্ধরে।

# অশিবগী লোন্‌বু অহিংবনা খঙ্‌বরা

নোংমা মুংদাংগী অহানবা য়ুথক্তা
হিয়াংলম্‌ খুনৌগী য়ুম্‌দোম্পোক্‌ অমদা
সন্ধ্যা হুক-মুরু মতম্‌ লোইশিন্নবা
মুংদাংগী চাক্‌ চানবা মতম্‌ য়ৌন্নবা
চাক্লক্‌পান্দা ফম্‌ চাবা হৌব-মরুদা
থোঙ্‌দা দোংদোং থীন্‌ হংলক্‌ই "তোম্বা লৈব্রা ?"
"কনানো ইমুংদা চঙ্‌লকই 'মুক্তা।
"ঐখোইনে, অথুবনে, য়াদ্রে চঙ্‌লক্‌পা
থোরক্‌উ থুনা, অমুক্তা মপান্দা।"
হুকে তৌরম্বা চখোম্‌ পোপ্‌ থাদ
খুৎ-হাম্‌ চীন্‌-তেংথোক্‌ তোম্বা থোক্‌ত্রে মপান্দা।
"চাকুদদি চাথোক্‌খোনা কৈদোংগে
ইবেম্বা কনানো ফিদা 'মুক্তা থারুচো।"
মমা অশোনবী ফম্‌শেন্নবীনা হায়্‌বা
তাখিদ্রে - থোক্‌ত্নংদে মচন্‌ মপান্দা।
থোঙ্‌গী অহোবদা উংহৌই মচন্না
মখোই মরী মঙানা যোয়া পুখিবা
ওম্‌হৌদে মশক্‌ লাক্‌শিন্‌ কনা কনানো ?

অহিংগী অনিশুবা য়ুথক্‌ হৌখরে
মচাম্নপা হৌজিক্‌ ফাওবা হল্লক্তরে
অশোন্‌বী মমা ফমুংদৈই হংলক্‌খি—

আচৌবর্মা খঙ্‌বরা

"তোম্বী, নবুংতুবু হল্লক্ত্রিবরা ?
"তুম্মো ইমা হল্লক্লনি থুনমক্ ।"
তুম্বা য়াদে তোম্বগী মমা অশোন্‌বী
করিনলো খণ্ড্‌দে নিংকোক্ নিংকোক্ তৌই ।
পাম্বোম্ চোংই, মিং চোংই, তথক্ তথক্‌ই ।
পূংজা খুদীং হংলি "লাক্ত্রিবরা ?"
মুমিৎচুপ্পা কুপ্‌নোম্‌দা চোক্‌থরবী
উইথরক্লে তপ্পা তপ্পা মুপীমচা
খুম্নি উইরুম্ উইরুম্—তুম্‌লো ইমা"
থাপ্পা চৎলম্মোই, হল্লকনি থুনা ।"
অশোন্‌বী মমা ফমুংদা লৈবী
শোঞ্জে মথল্লো "কদাইদবু চৎলিবা !
অশুক্ থেঙ্‌না করি লম্‌দা লৈরিবা,
করি তৌরিবা, কনাগা লৈরিবা
মতম্ চায়-চাদে খন্দনা কদাইদা
লৈথোক্লিবা—হল্লকত্রিবা হৌজিক্ ফাওবা ।"
মুরুম্ মুরুম্ শোন্না মিং খবেং চিংখি
তুম্‌হল্লিবী লাইরেম্বীগী নাওশুম্‌নি— ।

অহিংগী অহুম্‌শুবা য়ুথক্ হৌখ্রে
নোংয়াই চবুক্ হেন্‌খ্রে—মালেম্‌পুম্ পুম্‌চিক্ চিক্‌খ্রে
উইনা উইনা খাঙ্‌লম্বী মুপী মচা
ফম্না ফম্না তুম্‌খ্রে অহুম্মক্—
মীচং মীথায় নাইদবী তুম্মল্লিবী
লাইরেম্বী—অরা-মুঙাই খায়্‌দনা

অচান্-মীরায়্ থিদনা মান্ন-মিৎয়েংনা
মাংেম্ পুন্থা যেংহুনা—চপ্ মান্ননা
তাইবঙ্ বু শুন্মাংখি-য়েনখি অমৃত
অরা-অনা কাউহন্ বা পুন্সি ময়োল্
চোংহন্ ৰা, তাইবঙ্ পুন্থনা নীংজবা।

অহিংগী মবিশুবা যুথক্ লোইশিন্নক্
অযুক্কী অহান্ বা যুথক্ হৌজিন্নক্
তোম্বগী মমা অশোন্ ৰী ফমুংদা লৈবী
মঙ্লান্ চান্দা উথি মচা মুপা তোম্বা
থাপ্লবা উরক্ অমদা নোক্লা নোক্লা
তাখি হায়রক্পা,—"ঐ লাক্লে ইমা।
উথি মচন্ সু অহুন্না তাখি, হায়বক্পা।"
পঙ্ থরবসু নিদ্রা নিনা খুৎখত্তা
নীংজি মাঙ্ জীং নিংকোক্ নিংকোক্ য়াতাখিবা
মিকপ্ থোক্লে মমা মচা খংপেক্ খংনা
"হল্লক্লববা?" হংনখি চপ্ মান্ননা
মখোয়্ নিমক অঙন্ বা অযুক্ অহুদা।
মুংদাং যুথক্ হৌখিহুনা অযুক্ য়ুথক্ হৌবদা
চরোইনা তেতু খোং কাক্লা লম্বাও চেন্
লাক্লা লাক্লা খোং করিবু থোক্লগবা।
অহিংদা চৎখিৰা নোংঙান্ ফাও লাক্লবা
মচা-মবুং রাখন্না নিংদোন্ পোন্নবী
মমা মচাদো মুংশা য়ান্না থীরবী
শোন্নক্ ই চপ্ মান্ননা লাইগী মিংথৈ—
"পাজন্ বা লাইনিংথৌ কন্ কীয়ুকো মাবু।"

মুংশা তবুম্-তবুম্ শারক্পা কাল্
মিৎ-না-শিং মতু মমান্ খীংবা মতম্
য়োরক্খি পাউ পাউথাং মথং মথং
লম্খায় কৈথেল্ শম্, সেকমাই তুরেল্ লান্
য়োরক্খি হিয়াংলম্ খুনৌ খুন্দোন্ য়ুম্দোম্পোক্—
"য়াবগাই তেরা উরক্তা
অশিবা অমা লৈহোরে ;
পাখণ্ নি মথুৎ তুংবুম্নে
লাইবক্তা নোংমৈনা পান্বনি
শুলী মণ্ডা পুল্লপ্পী ।
পাখণ্ কনা হল্লক্কে
কৈদা চৎকনি হায়্রম্মী ?
মহৈ মহৈ হংনরক্লে—
থিনরক্লে খুনৌদা ।
পাউগী পাউনিংথোল্
য়োরক্খি মমা মচা-নাক্ ।
য়াবনা নিংদোন্ পোক্লক্ই
মুংশা থবেৎ হোন্দুনা
মমা অনাবী ফমুংদা লৈবী
শুৎ-শুৎ কপ—হংলক্খি "কনানি হায়্বগে ?"
মুপী মচা তোম্বী
মপি তরং চেল্লবী
মিহুন্—চেন্শুম্ চেন্গানরবী
লৈকায় পাখণ্—মমাল্প-কা

চেন্না চেন্না হংজরক্‌ই
মবুং তোম্বা উবরা ?
রাবগাই তেরা য়োরুবা
হিয়াংলম্‌ খুনৌ চাওবনা
পাওদম্নগে চেন্নক্‌পা
থেংনরুরে মহাক্না।
"মহাক্নী তোম্বনি
রাবগাই তেরা উরক্তা
শিরম্‌লিবা পাখণ্ড্‌সে।"
ফমুংদা লৈবী অনাবী
তোম্বৈই মমা অশোন্‌বী
"ইমাইবুঙো !—করি ওইরসিগে ইমাদি—"
রাম্থখরে তিংদম্‌—তারুবদা পাওদি।

(২)

অথুবা পাউনি লাইনিংথৌ—মৈহুম, মোরোক,
অণ্ডম্বা মিবেন্‌গী অথুবা রাকৎনি—
"থাবিরক্‌উ চুত্ত অনিদং য়াম্না থুনা
অমা শিরে রাবগাই তেরা উরক্তা।"
মাদি শিফম্‌ থোক্কে নিংথৌ য়াথং লৈত্রি
অমম্‌ অহিং মিরেন্‌ ঐনা পোত্থারিঙৈ
'সিদা কবম্‌ শিবম্বা কনাগী খুত্তা ?
তৌফম্‌ খণ্ড্‌দা—চংফম্‌ খণ্ড্‌দা লৈরিঙৈ' ঙক্লা
তোম্বগী থরাইদা হংখি মিরেন্‌ ঙক্লা—
"নঙ্‌ কবম্‌ শিরম্বা কনানা হাৎলম্বা
করি মরম্‌ লেবা নঙবু হাংননবা।"
"মখোয়্‌ তকক্লী ঐবু যুম্‌দৈই পুরক্‌পা
মশক্‌ খণ্ড্‌দে মমিং তাক্তে, খণ্ডদে লৈফম্‌—
ঐনা হংই—"কনা কনানো নখোই ?"
মখোইনা খুম্মী-খণ্ড্রিবরা নঙ্‌গী যম্‌নি
ঐনা হংই—করিগীদমক্‌ ঐবু ফারিবা
করি মরম্‌গী ঐবু হাৎকদৌরিবা।
মখোয়্‌না খুম্মী—মতু নঙ্‌ হংবা য়ারোই।
ঐনা হায়্‌জে হন্না হন্না—"শিত্রিঙৈদা
খণ্ড্‌জগে ঐবু হাৎপগী মরম্‌চুত্তা
খুম্নবা যম্‌গী রায়েল্‌ শঙ্‌চুদা।"
"করিগীনো হন্না হন্না হংলিবা

হংবা য়াদে হায়রমক্তা ঐখোয়্না ।
"খঙ্জরগা হাংপীবগী মরম্তুমা
শিজখিগে থুয়া তুশিংনা ঐহাক্
তাক্পীয়ু মুক্তা মরম্দো করিগী ?"
মখোয়্না খুম্মি—"ঐখোইদি য়াথং ঙাক্পনি
নঙ্বু হাংনবা থ্রক্লিবনি
ঐখোইদা মরম্ হায়্রক্তে তাক্লক্তে
নঙ্বু হাংপৈ মরম্ ঐখোয়্সু খঙ্দে
হায়্রকই মতু নঙ্নসু হংবা য়াদে ।
"'তুদি ঐধু পুবীয়ু মখোই নাক্তা
হংজগে 'মুক্তা ঐবু হাংপৈ মরম্
মরম্তু খঙ্লগা শিজগে ঈংনা ।"
"মতু য়াদে হায়্রিবসিনি ঐখোয়্না
নঙ্বু হাত্তনা ঐখোই হন্বা য়াদে ।"
"অতুদি তাক্পীয়ু ঐঙোন্দা অমুক্তা
মখোই অতু কনা কনানো
মমিং ববি ব'রি কৌবগে ?
করি ৯ম্দা লৈবগে মখোই ?"
"মতুসু নঙ্না হংবা শুকুয়া য়াদে
মখোই কনানো ঐখোইসু খঙ্দে
মখোইগী মমিং ঐখোইদা তাক্তে
মখোইগী লৈফম্ মফম্ খঙ্দে
মখোইগী য়াথংতনি ঐখোইনা খঙ্বা ।"
"অতুদি তাক্পীয়ু ঐঙোন্দা অমুক্তা
কনানো য়াথং পুরক্লীবা সুপাদো

মমিং করি কৌৰগে, কদাইদৈনো
হায়্ৰীযু অমুক্তা, শেংনা ঐঙোন্দা ।”
“মতুম্সু খঙ্দে ঐখোই, মখোইনা তাক্রে
খঙ্লৰম্সু ঐখোইনা হাযদোক্পা য়াদে ;
কান্নদে মতম্ হেনগ্রনি
রাযাম্ ঙাঙ্তুনা মতম্ মাঙ্হন্বা য়াদ্রে
শেম্ শারো, চৰেং চৰেং ঙাঙ্লমু
খঙ্ঙু নঙ্সে মবাল্ লৈরৰনি
মরাল্তুইদমক্ নঙ্বু হাংলিবনি ।”
ঐনা লাউজৈ, ‘মরাল্তু খঙ্জখিগে ।”
ঐনা লাউজৈ “মরাল্তু খঙ্জখিগে ।”
অদুবু ঐনা হায্জৰা তাবিখদে—
কাপ্শিল্লকৃই নোংমৈ গুলি থেৎ থেৎ
অদুবু পারম্গনি, উপাল্ রাপাল, নাপী শীংবী
অকোয়বদা শিংলিবা মুংশিং
মথক্তা লৈবিবা অহাংবা অতিযা
অতিয়াদা থোক্লিবা থরাম্নিচাক্
থা থোক্রুবা থাশিগী অহিং
ঐগী হক্চাংনা মথক্তা তারিবা মালেম্
অকোয্বদা লৈরিবা তীল্ কাঙ্ কৌজেং হারো
হংৰীযু মখোইদা লাউখিদ্রা ঐনা ।
ঐহাক্ হৌজিক্ শিরে হক্চাংগা কায়্নরে
ঐগী অশিবা হক্চাং লৈবাক্তা তারি
হৌজিক্তনি ঐনা হক্চাং থাদোক্লগা ;
লৈবিদৈদা চৎরনা ইতোম্তা

কদোম্‌দা কদাইদা চৎকনি খঙ্‌দনা,
নহাক্‌ লাক্লে—নঙ্‌দি খঙ্‌ফম্‌ থোক্‌ই
নঙ্‌দি মিরেন্নী, চিত্রগুপ্তনি—
ঐখোইবু কুপশেন্‌ শেন্নরিবনি
মিকুপ'মফাও থাদনা তু'ইন্দুনা।
পোত্থাবা লৈতনা ইাশন্‌বদাই নঙনা
অফ ফত্ত—অরোন-অথুপ্‌ পূম্বা :
লৈফম থোক্লে নহাক্ল খঙ্‌দবা
যৌদবা মফম্‌ লৈতে নহাক্‌া
উবা-উদবা লৈতে ইন্দবা নঙ্‌না
হায়্‌বীয়ু তাক্‌পীয়ু কনানো মখোইত্ত
মমিং করি করি কৌবগে তাক্‌পীয়ু
করি লমদগী লাক্‌পনো মখোইত্ত
হাৎপা হাযবা দগি অসি ফংবা য়াবা
করম্বা ইরাল লৈবগে লঙজখিবা
খঙজগে মত্তমতা তম্মু্নবা
যম্‌গী সভাদা অশিবৈ লোয়্‌শঙদা।"
'পূম্নমক্‌ খঙনি যৌবগা অশিবৈ লোইশঙ।"
অদুবু খন্‌খি চমম্নবা চিত্রগুপ্ত—
"ঐস্নু ঙক্রি হাযফম্‌ খঙদে করিনো
থাসিগী অহিং—অাঙংগী মবিশুবা
য়ুথক্‌ লোইবম্‌দাই—অযুক্কী অহানবা
য়ুথক তৌব্রিঙৈ লা'দাই মিকুপ অমদি—
মিন্নেন্‌ ঐগী পোত্থাবা মতম্নি—

লাংদাই মতম অসিদা মিংকুপন্নুংদা
খওহৌদনা থৌদোক্‌ অসি থোক্‌থরে
হাযফম্‌ খওদে ভন্ফম থোক্কে ঐহাক্‌স্‌সু—
কবম্‌ তৌবা করি পাউ পীবা তাই ঐবু ।
অস্থুম্না খল্লিংডে য়োরক্লে যম্‌গী হুত
মখুৎ তুংবুন্‌ পরৈনা তোম্বগী থন্নাই
পুখবে মাঙ্‌থানা সঞ্জবনীপুবদা
লোয়ননা চৎথি মিরেনস্থ অমুৰা
খানা চাওবা মকাইতম্‌ থিন্দনা ।

---

৩

ময়ায় লম্বী, চিন্নে ওসিদি য়ান্না
অয়ুক্তে চৎলি হুঙ্গং-হন্দা লেপ্তুনা
পুলিসকী গাড়ী সিফাইনা থনবা
জিপ, কয়া এল্ এম্‌জি নোংমৈ থেৎলবা
মমিং শুক্র' সিফাই তুংদা লেপ,
রেডি তৌনা মরু হান্ন' মেগজিন হাপ,
নোংমৈ পায়, সিফাইন থনবা জিপনা
তুংদা ইন্ মবক্ মরক্তা চংলি রাউণ্ড
মফম্ মফম্ কৈথেল্ খোংলম্বী লমদাং কয়াদা
সিফাইনা কাগুপ লেপ, চেক্ তৌরি লম্বী চৎপা
বস থাম্মী স্কুটর বাইক্ রিক্সো মোটোর থাক্তে
লোইনা কুমখৈ পরেং লেং মশা মেং য়েংই সিফাই।
অওইবা ওইদবা তাদবা নত্তে পাও
সিফাইগী গাড়ীদা গ্রেনেড লংশিনবা
মোটোর বাইক থাম্বদা পিষ্টোল্‌না কাপ্লম্বা
সিফাই রাউণ্ড লাকপদা ফুম্নম্ বোম্ পোথাইবা
তান্নরকপা সিফাইগা খুৎ-থোক্না কাপনবা
গুলীলক্তা মরাল্ লৈত-কয়া শিথিবা
অশোক অনা কয়া লাইয়েংশঙ, য়ৌখিবা
চেনশিনখ্রবা লোৎখ্রবা লালহৌবা থিবদা
লৈকাই কয়া সিফাইনা লাঙ্গোই চন্
কোম্বীং ওপরেসন কয়া তৌ

ময়াল লৈত ইচিন্ ইনাও ইমাইবেন্ ইচন্ ইচে
সিফাইগী ঝ়লুম খাঙবা তাখিবা—
লালহৌ 'খুত্তা সিফাই থর শিগ্লবা
লেমহৌ কাংভবু শাওর' সিফাই মখোইগী অশাওবা
তাইনখিবা ময়াল লৈতবা প্রজা
লালহৌবা কাঙবুনা ওৎলম্বা প্রজা
লালহৌবা খিবদা হুমহুনা লৌখিগ্লবা
নিহুনা মুন্দুনা নমহুনা লৌগ্লবা
লালহৌবনা কিহন্দুনা মৎখ্রবা
ময়ল্ মথুম মাং তাল্লবা প্রজা
শেংদবা লালহৌ-কাঙবুগী উৎপাৎ
পুম্নমক খাঙলিবা ব্রাবা প্রজা ;
লালহৌবা য়াওখ্রবা মমা মপাগী দৰা
মিকুপ পুংজা খুদোংগী তারী পাও
ওসিদি- মযাইলম্বী খুঙং খুদোং ।
লৈফম চ ফম খঙনদ্রে খুঞ্জাপুম্ ইথক্ থক্
মিহুন্ চেনগুম্ চেন্গানা লৈরি ঙাইরি
য়েংলি খল্লৈ করি থোক্লগবা ।
"ঐখোইগী মী অহুম্নী শিরিবা
মখোইগী মী অহুম হাৎকদবনি—
অনা ফাও হাত্তনা করম তোক্লী ওপরেসন—"
সিফাইশিংদো রারী শাখি মখোই মশেল—
ময়াং ইম্ফাল কোঞ্চাক খুল লোক্তাক পাৎপান
তাখি মাইকৈদোমদা নোংমৈ মখোন অহুমক ।

অয়ুক্ অঙনবদৈ হিদা চৎখিবা
ঙা-ফারুবা পাখঙ্ অহুম হিদা তোংনা
ডাহৌত্রবা ওপরেসন্গী পাও
ঙানা থল্ল হি হোন্ হল্লকৃখি
পাৎপান্দা হিদাংলিংঙ য়ৌবকখি সিফাই
কাপুনা হাংখি পাখঙ্ অহুম্
শিখিবা শিফাইগী লমন্ খুমলে
খন্খি সিফাই হস্থখি অশাউবা খরা
কোঞ্চাক্ খুল্ লোক্তাক্ পাৎপান্ লোম্দগী
পুখোৎরকৃখি অশিবা অহুম্দো ।
পুলিসনা হায়্খি খবরদা ফোঙখি
লাল্হৌবনি, কাপন্বদা শিবনি ফংখি মশাদগী
রিভোলভর অমগা নোংমৈ মক্লগা—
খুঞ্জাশিংনদি হায়্খি—মরাল লৈতে
মখোইদি, চুম্না ঙা ফাজবনি ।
মমা মপা ওখোং কপখি—সিরাপ্ তৌখি
সিফাইশিংদা মরাল্ লৈত মী হাৎপা ॥
সিফাইনা অয়ুক্কী চাকলেন্ চারিঙৈ
মিরৎ-নারৎ লাকখি সাইকল তোংবা অনি ।
মশকৃম্ন খঙ্দে মশাম্ন খঙ্দে কনাম্ন
মফম্ মফম্ মী তিনফম্ কয়াদা
শোরোক্তা লৈরক্তা কৈথেন্দা খুল্লক্তা
চাইথোক্লম্মী অনম্বা চে হেশুবিল্ খরা
লেপ্পে—শংচৎখি স্বাই মাঙ্খি
খঙ্হৌদনা লাকখি খঙ্হৌদনা মাঙ্খি

কনানো করিনো করিস্ন খণ্ডনহৌদে
চাইথোক্লম্বা চেদো খুন্নথি খুঞ্জা খরা
মচুদা ইরম্মী—লাওনা. লোম্না পানথি—
"সমাজগী যেক্লবা মবাল্ নৈবা মী
মথং মথং লমন্ খুন্নক্খিগনি—
নম্বর ফোর য়োন্দুনা জাতিগী নাহারোন্ মাঙহন্বা
যু য়োন্বা গঞ্জা য়োন্বা কানি য়োন্বা
থকপা চাবা কাপ্পা অমত্তা খাক্লোই ঐখোইনা
পাও পীবা স্পাই—খাক্লোই অমত্তা
হৌথিবা বারুনী কাবদা মশানা
য়াদবা মুপীদা অত্যাচার' তৌথিবা
সমাজগী যেক্লবা খাক্লোই অমত্তা
হৌখরে লমন্ খুম্বা মমাঙগী মু মত্তা
নৈবাকীনি এখোয়না লেপ্চরিবা
নৈবাকীনি থৱাই কচ্চরিবা
লালহৌবা নত্ত লালহৌবা শাবা
নোংমৈ উত্তুনা লুট তৌবা খাক্লোই কনামত্তা
লমন খুন্নক্খিনি মথং মথং।
চে খুল্হৌবা তামনা কোইরু কোইরু য়েং
হায়থি লেপমিন্নবা মুপা অমদা
নহান্ শিবদো তেরাউরক্কা
বারুনী মুমিত্তা মুপীগী ইজ্জৎ মাঙহন্খিবা
মচুইদমক্ হাৎপনি হায়।
মুপাতুনা ময়ুম্দা হন্খ্রগা

অশিবগী লোমবু

মাগী মুপীদা হায়্খি—লৈকায়্দা
ফোর য়োন্বা লেপ্পবা—নহান্ শিরিদো
বাকনী মুমিত্তা ফোর য়োন্বগীনি ।
মুপীচনা তম্নুই থুঙ্গা অমদা
ফোর য়োন্বদা নোংমৈ কাপ্পবদৈ শিবনি হায়্,
অমনা অমদা তম্খি—লাল্হৌবা
শাহনা নোংমৈ উৎল—শেল্ মুল্লেএনে
অহুগীনি শিরিদো, কলক্ পেল্লে ।
মথং মথং শন্দোরক্পনা ফোংনা
অমনা অমদা ভম্নরক্পনা লোম্না
হিয়াংলম্ খুন্দোন্ য়ৌরক্খি, শাঙ্নরকখি
লৈকাইদা - ৱাবগাই তেরাউরক্তা
হাৎলবা থুনৌ তোম্বা—বাকনী মুমিত্তা
মুপীগী ইজ্জং মাঙহন্বৈ—ফোর য়োন্বগী
লালহৌবা শারবৈ—স্প্যাই ওইবহুগী
হাৎপনি হায়্—কলক পেল্লে
মখোয়্না হায়্নৈ মত্তীক চাবা চৈরাক্কী ।
তোম্বগী মমা অনাবী · অশোন্বী মচত্তদি
খঙখি - কাখিদে তোম্বা বাকনী
য়োন্খিদে ফোর ওইখিদে স্পাই—লাল্হৌবা

---

(৪)

অশিবগী লৈবাক্ মৃতসঞ্জিবনীপুর
থা লোয়্থম্দা লৈরিবা হিংনা য়োঁঙম্দবা
রাংত্রেন্গী মশাইগোন্ থোঙারেন্গী লৈবাক্
নিপোনশিংগী যোমী ববন্শিংগী হেদ্স
বৈতরনীনা থাঙপাত ওইবা লম্
মীওইবতনা শিরগা য়োবা লম্ ।
লম্সিগী কোন্নুং সঞ্জিবনীপুরদা
যম্রাজগী সভানি মশেক্ মঙাল্না থল্লবা
যুথক্ চামা মরাক্তী মযুংনা হেল্লা শাংলবা
মশেক্ মঙাল্না মুমিং চাম্‌গুম্ লংলবা
অনীংবা পূম্বা থুংনবগী মশক্ ওইরবা
মিং থক্লা ফজরবা সভানে
য়াম্মশু ঈংদে য়াম্মশু শাদে ।
থম্মোইদা মুংাইবা পোক্হন্বা
অরা অনা 'অবাম্ থোয়াং লৈত্তবা ।
মনম্ মুংশিবা হৈ লৈতনা থল্লবা
হাউর' অচা-অথক্ রাত্তনা পৈরবা
নীংন'মহৈ পীরিবা কল্প বৃক্ষ' থল্লবা
সভাগিনে মতীক্ মঙান্ চাওরবা
রাজর্ষি কয়া ঋষি মুনি কয়া
মীথোই-মীহেন্ কয়া অচৌ অশাং কয়া
লৈরি সভাহুদা লৈসি লৈথোন্ তৌহনা

অশিবগী লোয়শু

অশি লৈবাক, মপুন্নেন, যম্‌রাজ খোংইখোইবা
পিতৃলোকী মপৈ মতম্‌গী লাইযাম্‌ কয়া
মীনাই-মীশল্‌ লোয়্‌নন্না কালপুরুষকী শাসোং কয়া
অন্নাংপা লৈত্রবা সভানি পুক্কীং হুববা ।
ঈশৈ হৈন্না গন্ধর্ব্বগী শৈহেক্না
ফজবী অপ্সরাগী হান্‌-চানা শারজগোই
মায়্‌কৈ মরিমকৈ হুমকপা লৈনন্না
পুক্কীং হুরবা যম্‌রাজগী সভানি।
চহি কয়া ধ্যান্‌ তপস্যা তৌখি
বিশ্বকর্ম্মা—শাখি যম্‌রাজগী সভা
কাওখি মরোল্‌ অহুম্‌না ফজৈ চায়্‌না ।
সভায়াইদা মনিঙ্গী তাণ্ডবলদা ফমদি
যম নিংথৌ অত্তুম্‌, অথৌবা ইকোংই কোই ।
অপ্সরাগী জগোইদা মিৎকোং থম্‌
গন্ধর্ব্বে ঈশৈদা তান্‌-খা মিং উইরম্‌
লেপ্পী মতম্‌ থরাংই খোংখাজনা
চিল্লবা নোংমগী থৌ পাওজবা তুংদা।

অমুক্তস্থ থোক্‌খিত্রিবা থৌদোক্কী
"তোপ-তোপ্পা মংংনি অথুবনি
খওহৌদে থোক্‌খি খুজিম-খুংনাখোক
চপ মান্নবা ওকখি মরাম পুমমক্‌ ।
যমরাজ সভাদা প্রয়াম অমাওন্না
চেন্‌শিল্লক্‌খি মথুং তুংবুন্‌, নাঙ্গোজুনা তুঙ্গকী খুৰৈ
খোজগী খরাই মিরাংপান

যম্‌ নিংথৌ নাক্‌ তান্‌
লাউরকখি চেন্না চেন্না
"তাক্‌পীয়ু ঐবু হাংপে মরম্‌ ।"
যম্‌রাজ মাঙ্‌ শাত্রাং তা
দণ্ডবৎ প্রনাম্‌ কেংয়াং চৈগু তাণ্ডম্‌
হাযজবক্‌খি অশাও-মুংহিক্লনা ;—
"অশি লৈবাক্‌ মপুরেন্‌
যম্‌নিংথৌ থোইথোইবা
খানা চাওবা অথোইবা ।
তাক্‌পীয়ু হায়বীয়ু মপুও
ননাইনা শিবগী মরম্‌ ।
খণ্ড্‌দ-উদবা লৈত্রবনি নঙ্‌দি
হে লাইনিংথৌ মিয়েন্‌ তাদবা
তাইবঙদা ঐগী লৈহৌরি থবক্‌ কয়া
ঐগী অনাবী ইমা লৈহৌরী
লুহোংত্রিবী ইচল্‌ লৈহৌরী
লাইগুরু সেবা মতোল্‌ লোম্‌ন্রি
ইচন্‌গী থোদাং কয়া ব্রাংলি
ইমাগী সেবা লোইজত্রি
ঐগা চান্নবী মাগী
রাশক্‌ ডাক্রি ঐহাক্তী –
তাক্‌পীয়ু হায়্‌বীয়ু হে-অথোইবা
করি ইরাল্‌নো ঐহাক্তী
পুন্সি মতোল্‌ লোম্‌দনা থাঙ্‌থক্তা শিহন্‌বা ।

অশিবগী লোনবু

হায়্‌বীয়ু তাক্‌পীয়ু শেংনা
কনা কনানো ঐবু হাৎপনা
মখোয়্‌গী মমিং করিনে।
করি লম্‌দা লৈবগে
ঐবু হাংপৈ মরম্‌ভদি খঙ্‌লগা
ঐগী ইরাল্‌ খঙ্‌জরগা
শিজগে থুয়া তুশিংনা
খঙ্‌হন্নগে ভাইবঙ্‌দা অশেংবা ।”
মতম্‌ নত্ত' য়েংলবা
মকম্‌ নত্ত' মৈলৈ লাংবা
তাঙা য়েংদ—রাকৎপা
ধ্যান্‌ রাগ কায়্‌রবা
যমরাজ নিংথৌরেন
খানা চাওবা পাজনবা
মিং ঈ কোরী ক:না
রেংলকই মায়কৈ থুংনা—
নিংথৌ মনাই হকশেনবা
থরাই মিরাংপান পুরকপা
তুংইন তাররকপা চুত পূম্বা
হোৎচিল্লকই থৌদ্দনা
চেনশিল্লকই খুংলৈ থুনা
মখুংতুংবুন কাচুনা লুমাং শমলাক চিমলা
তাওবা হুইগং চিংওয়া
চিংথোরুখরে সভাদগী
থরাই মিরাংপান তোম্বগী ।

(৫)

কুংলবা কংক্রিত, [illegible]কনি
লাঙলবা খোল্লাওনা নাকোং য়েশিল্লবা
মখল পূবৈ ঙ্ঘিবনা কুংনা তারবা
কনানা কনানো খঙত্রবা মকম
কনানা কবি তৌরি য়েংনদ্রবা মকম্
মশাগী মখোইদ হাইদোক্লদ্র' মতম
উনা উনা লোৎপা য়াবা মকম
খঙন-খঙনা খঙনদ্রবা লমদম
থিরিবশিংগী নাক্লমদা লৈবনা
মখোযগা তোৎনহুনা মরক্তা লৈবনা
লোৎপগী খ্বাইদৈ খুদোং চারবা মকম
লৈশিন-লোৎফম রাত্রবা কংক্রিত উমং
উমংশিংগী রাংলবা মথোন তরেৎ মলানতোন
মীনা পাক য়োঙমত্রবা চীক্লবা কা
য়োরকই তোঙান তোঙান লিফ্‌ট কা
মখোই তরেৎ লৈবাক তরেৎকী লুচিংবা
কম্লি কান্নুংদা তৌবি অরোন্‌বা মিটিং
খোঙদা নাকল্দা মাঙ তুংদা ঙাক্লী শক্লি।
হৌগংলি ঙাঙলি ফিলিস্তাইন লুচিংবা
সমুদ্র—ঈচাও ঈপাক কয়া লাম্না
লাকখিবনি অরব লৈকংলাদগী—
"ঐখোইগী রিভোলুশন চথখিগনি
ঐখোইগী পানম কংক্রিকাও—রৌক্রিকাও।
চহি লীশিং কয়াদৈ মাঙত্রবা য়িহদি

অশিবগী লোনবু

তাম্বোরক্তুনা কোচিন কোয়দৈ মাকৈশশী
হূপচিন্নকখি মথং-মথং ঐখোঈ লৈবাক্তা।
কিলিস্তাইনী ঐখোই—ঐখোইগী লৈবাক্তী পেলেস্তাইন্
লৈরক্নী ঐখোই মক্কমসিদা চহি লীশীং লীশীং।
মক্কমসিদৈ চেনখ্রি য়িহুদি চহি লীশীং অনিমাং।
লৈবাকসিদা কনখৎলকখি থাইওনিষ্ট অন্দোলন
মীচেন য়িহুদিগী পেলেস্তাইন্দা মুঙ্গ্রীখা।
অনিশুবা লাঙ্গাওগী তুং বৃটিশ মাওঙদ লোইখদা
লৈবাকসি থাদোক্লম্বা চহি চা তরা মাপাদ শুর্বদা
হূপচিন্নকখি অমুক হন্না লিংখৎখি য়িহুদি লৈবাক ইজরেল
ঐখোইগী লৈকম লৈতরে ইরৈবাক্তা,
নমথাক তৌবিরে লৌনশীরে ঐখোইদা
মখোইদি য়েক্লবনি ঐখোইগী যুগ কয়াদগী
নীংশিত্রনে ডেভিদ গলিয়থকী য়ারী
হৌজিক ওইরে ঐখোই ইরৈবাক্তা মীচেন
খাঙজি ওৎনৈবা ঐখোই ওইহ্লা লামচেন।
অত্তুবু হনবা লৈত্রবা থৌনা ঐখোইগীনি
ঐখোইগী ম্নিভোল্যম হনবা-লৈত-চথখিনি
ঐখোইগী পান্দম্ ফংত্রিকাও
ঐখোইগী নীংবা থুংত্রিফাও
ঐখোইগী য়ারেপ্ লৈবাকী য়াইকবনি।
হোৎনবদা ঐখোইগী পান্দম্ ফংনবা
শিবা তাই থরদি মরাল লৈতবা।
নরক্লবনা য়েক্লখশিংগা

নখোইস্ন য়াকম্ থোক্ই মতুদা।
লৈবাক্ অমা মাঙ্‌বদৈ করবা
প্রদেশ অমা মাঙ্‌হন্‌বা
প্রদেশ অমা মাঙ্‌বদৈ করবা
জিলা অমা মাঙ্‌হন্‌বা
জিলা অমা মাঙ্‌বদৈ করবা
খুল্ অমা মাঙ্‌হন্‌বা
খুল্ অমা মাঙ্‌বদৈ করবা
লৈকাই অমা মাঙ্‌হন্‌বা
লৈকাই অমা মাঙ্‌হন্‌বদৈ করবা
ইমুং অমা মাঙ্‌হন্‌বা
ইমুং অমা মাঙ্‌বদৈ করবা
ইমুংদুগী মী অমা মাঙ্‌হন্‌বা
য়ানরবা নিটিনি লৈবাক্ ঙাক্লোন্‌গী
চৎনরক্‌পা নিয়মনি মতম্ কুইনদগী।
ঐখোইগী পান্দম্ ফংনবা তেঙ্‌বাংনবা দরকারনি।"
হৌগৎলক্ই শ্রীলংকা হায়্‌রক্ই [ভপ্না ভপ্‌না—
"চুম্মী চৎথিগনি ঐখোইগী রিভোলুসন্
শীজিন্ননি অফংবা উপায়্ ভত্তনা
হোৎনগনি য়েরু' মরায়্ চায়্‌নবা
ফংদ্রিফাও ঐখোইগী পান্দম্
য়েরুবৈ মফম্‌দা ঐখোই টেরোরিষ্টনি
মখোইগী মীৎয়েংদা ঐখোই এক্সট্রিমিষ্টনি
ঐখোইগী রিভোলুসন্ মখোইদা ইল্লিগেল্‌নি

ঐখোইপুম্বা মখোইগী আতঙ্কবাদিনি।
লৈখিগনি ঐখোই টেরোরিষ্ট ওইনা
ঐখোইগী রিভোলুসন্‌ লোইদ্রি ফাওবা।
ভেৎ-কোং হোচিমি মতম্‌ অমৈ টেরোরিষ্ট
রেড চিন্‌গী মাওজেদোং, মতম্‌ অমৈ এক্সট্রিমিষ্ট
রিভোলুসন্‌ লোইবদা মখোইনা তমত্তুনা
হৌজিক্‌ ওইবে হোচিমি মরৈবাক্‌ নীংবা
ভেৎ নাম্নু পোক্‌পীবা য়োক্‌পীবা মপা
হৌজিক্‌ ওইরে-মাও জেদোং চেয়ারমেন্‌ অথোইবা
রেড চিন্‌গী অমত্তা ঙায়্‌বা মপুরেন্‌।
ঐখোইগী রিভোলুসন্‌ পাঙ্‌থোক্কবা য়াদে
ঐখোই পুম্বা, মায়্‌ পাক্কবা য়াদে—
মতম্‌ অমৈ লাল্‌হৌবা মতম্‌ অমৈ টেরোরিষ্ট
লাল্‌হৌ জয়্‌ ওইবগা পুন্নমক্‌ সহিদনি
থায়্‌নদগী চৎনরক্রি হৌজিক্‌সু য়ানরি
মতুংদসু য়ান্‌খিনি ঐখোইগী জয়্‌ শোয়্‌দবানি।”
হৌগৎলক্‌ই মৈতৈ-নাগা-আসাম্‌-মিজো-বোদো লুচিংবা
হায়্‌রক্‌ই মমায়্‌ ঙাঙ্‌না ফাথত্তুনা অশাওবা—
“অওইবনি হন্‌বা লৈত—চত্থখিনি
ঐখোইগী পান্দম্‌ ফংদ্রিফাও
হেন্না কন্না খিংগনি অচৌবনা মচা য়োংশিন্‌বা
পীক্লবসু পীক্লা মরুম্‌ কা-জবা
মশাগী মগুন্‌ লৈজবা মশক্‌ শেংনা
পৃথিবীদা মায়্‌ উচ্চবা পাম্‌জবা তশেংনা

থিংগনি অচৌবনা উম্‌থুনা মাঙ্‌হন্‌বা
ঐখোইগী রারেপ্‌ লৈবাক্‌কী য়াইফবনি
ঐখোইনা হোংনজরিবা লৈবাক্‌কী য়াইফবনি
লৈজদে ঐখোইগী য়েক্লবদৈ হেন্‌বা থুংলাই
নত্তনা ঐখোইগী লেঙ্‌দ্রবা থৌনা ;
ঐখোইগী লিংজেন্‌ হন্নাইদ্রবা থৌনা
য়েক্লবগী মোংফম্‌ পান্দম্‌ ফংনা-উপাইনি
চথখিগনি রিভোলুসন্‌ থেংনখিগনি য়েক্লবা
অফংবা উপাইনা যেক্ল মরায়্‌ চায়নবা
ফংদ্রিফাও ঐখোইগী পান্দম্‌ ।।"
মথংদা হৌগৎলকৃই সিন্‌ফেইন্‌
সমুদ্র ঈরম্‌ তরেং লান্না লাক্লিবা—
'ইবম্‌দম্‌ ঐখোইগী ওইজবা পাম্বা
মতুংগীদমক্‌ রিভোলুসন্‌ তৌরকপা
হৌজিক্কী নত্তে মতম্‌ পুম্বগীনি ;
থারমোপাইলিগী লান্‌ অরেম্বা নত্তে
লাইওনিদাসকী থৌনা মাঙ্‌দা
করি ওইখি জেরাক্সেসকী লাম্‌ওম্‌ লান্মী ?
হলদিঘাট্‌কী লান্‌ রানাপ্রতাপ্‌কী থৌনা
অরেম্বা নত্তে অরেম্বা নত্তে ইম্‌দম্‌গী ।
ইত্রুস্কন্‌গী মায়োক্তা রোম্‌গী
টাইবর ভুরেল্‌ থোংথক্তা হোরেসিয়স্‌
অরেম্বা নত্তে পাথৌ মাগী থৌনা,
খোংজোম্‌গী লান্‌ফম্‌ পাওনাগী থৌনা
টিকেন্দ্র থঙ্গাল্‌ কয়াগী বলিদান্‌

অরেম্বা নক্তে অবেম্বা নক্তে ইরম্দমগী
চথখিগনি রিভোলুসন্ ঐখোইগী
ক্যংদ্রিফাও ঐখোইগী পান্দম ঐখোইগী ব্রারেপ্ লৈবাক্কীদমক্তি
ঐখোইগী রিভোলুসন্ লেপ্নাইদবনি ।"
অমৈ মথং অমা মথং মথং হৌগং
খালিস্তান, হজবুলা, মুজাহিদিন্, কুর্দ, কারেন
ভাঙ্খি মথং মথং মা-মাগী প্রোব্লেম
ব্রারেপ্পখি "লোং লিভ্ রিভোলুসন্"
য়ান্খি মখোই মশেল্ শৌগৎননি
অমনা অমৈ—অচুম্ মতেং পাংননি
থুংলাই ত্রেইনীং শেন্থুম চঙ জফম্
"মালেম্গী লাল্হৌ হিংসন্ন মতম্ কুইনা ।"

মীতিন্ লোইরতুং হৌগৎনরম্দাই য়ৌবদা
য়ৌরকৃখি তোম্বগী থব্রাই মিরেন্,
হাথু হাথু হোবে হোবে যম্ লৈবাক্কগী চেন্না চেন্না
চঙ্শিল্লকই কাদুদা কনাম্বু উদা
মখোয়্ পুম্বদা হংখি ওন্শিন্দুনা—
"হায়্বীয়ু তাকপীয়ু শেংনা অমুক্তা
ঐবু হাৎপগী মরম্ তাকপীয়ু অমুক্তা
কনা বনানো ঐবু হাৎপশিংদো
য়াওরবদি নখোইলক্তা ঐবু হাৎলক্পশিংদো
তাক্পীয়ু ঐবু হাৎপগী মরম্দো ।"
কনাম্বু খুম্লক্তে তুমিন্ তুমিন লৈ
য়েংক্ষাও য়েংলক্তে মাগী মায়্কৈদা ।

"ভাত্রবরা খঙ্‌দ্রবয়া ঐগী লোন্,
ভাক্‌পীযু অমুক্তা ঐবু হাৎপগী মরম্ ।"
কনাস্ত থুম্নক্তে—পুশিল্লক্‌ই খোইজু লৈখাম
মৈ থাখি লৈখাম্ মেক্রুকা লোয়্‌ননা
মথং মথং থোক্লখি ভোঙান্, ভোঙান্,
মহৈ মহৈ চৎনখি তোপ্পা তোপ্পা ।

---

৬

ঙসি বিচার হুমিংনি থরাই মিরেন, তোম্বগী
মখুৎ তুংবুম্নহুনা কৈশুম্ শণ্ডদৈ পুরক্নী
য়োহ্লীং ফল্লাং চল্লবা লম্‌হেন্‌বা পাখণ্ডনি
নাক্ যেৎ-মাঙ্-তুংদা চৎলি খুৎলায়, পায়্‌বা সম্ব্রি
মৃত্তসঞ্জিপুরগী ব্রায়েন্ শঙ্ তম্না
অশিবগী নিংথৌ যম্‌রাজগী লোয়্‌শঙ্ তাম্না ।।
থোঙারেন্ খানা চাওবা প্লুটো যম্‌গী লম্‌দম্
যোমী লৈবাক্ লম্‌সিগী কিনরবা কোম্নুং
অমুক্তং চংখুবদা অমুক্ থোরকপা লৈত্রবা
হক্‌চাং পোলাং পুহ্‌না চঙ্‌হৈদবা লৈবাক্
নম্‌থাক্ লোনম্, য়াদবা চলাক্ ফলাক্ চঙ্‌দবা
অচুম্, অরান্ লেপ্পয়ম্, অচুম্বা ব্রায়েন চৎলিবা
অচান্, মীরায়্ নাইদবা মীচঙ্, সঙ্গন্ লৈতবা
মানা মানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ ফংহন্‌বা
ব্রায়েন, কাত্তি খাবব ব্রায়েন্ চৈবাক্ পীরিবা
অক-ক্তু-খল্ এন্ব অকবৈ মনা পীরিবা
ক্তুববু লাক্করিবা চেন্দুনা হিংবা লৈত্রবা
লোৎনবা মফম্, লৈতবা অরোন্ অথুপ য়াদবা
পৈশানা লৈবা য়াদবা চিরোন্, খারোন্ চঙদবা
তম্‌থিবা যম্‌গী তুত মথৌ কায়দনা তৌরিবা
অরাং-নোংপোক্, নোংচুপ্তা ধর্ম্ম চেন্‌বনা লৈরিবা
খাবু থংবা মায়্‌কৈদা পাপচেন্‌বশিং লৈহন্‌বা

পাপী লৈব মায়্কৈদা রায়েন্ চৈরাক্ পীরিবা
নবক্ মখল্ খুদীংদা পাপীশিংবু লাকুবা
মতীক্চাবা রায়েন্ চৈরাক্ পাপীশিংনা খাঙ্লিবা
মীকপ্-মীবাও তেংথা নাওই চৈখোক্তনা থল্লিবা
অসি লৈবাক্ অসিগী থরাই মী পুম্বা কিহল্লা
থোঙারেন্ খানা লোইশঙ্ খাংজেং লাইবেম্বী শঙলেন্
অচুম-অরান্ লেপ্পশং থরাই-মিরেন মিপাই শঙ্
রারক্ রাতেম্ লেপ্প শঙ্ যম্ নিংথৌ রায়েন্ শঙ্
লোয়শঙ্সিগী ময়াযদা এজলাস মনুংদ
ময়ায় তাঙ্বল সিংহাসন্ রায়েন্ মপু ফিদাদা
রায়েন্ চৈরাক্ মপুরেন্ বিচারপতি থোইথোইবা
অসি লৈবাক লৈমাবা যম নিংথৌ রাচুমশুবা
লেঙ্শিল্লে তাঙ্বল্থক্তা ফম্লি চীং লেম্না
মাঙ্দা লৈরি টেবল্নাক ফাম্লি লাই উকিল্ কয়া
নাকন্দা ওইথংবা লৈরি ডোক্ মবাল্লৈবনা লেপ্পফম্
যেংথংবা নাকন্দা লৈবি মিরেন্ চিত্রগুপ্ত
পেস্কারনি মাদি ফাইল্ পুম্বা পায় রিবা।
পোকপদগী শিবা ফাওবা মানা মনা তৌজবা
অফ-ফত্তু-থবক্ খুদীং থরাই মিরেন্ খুদীংগী
অইবা রেকোর্ড শোয়দবা অতু য়াওবা ফাইল্তুনি।
তাইবঙ্ মালেম্দা লৈরিঙৈ খঙ্না খঙদনা তৌখিবা
পাপ-পুন্যগী থবক্ কয়া চিথবা লৈত-য়াওরিবা
মিরেন্ অমুবা মহাক্কী য়েংঙম্দ্রবা রেকোর্ডনি,
রায়েন মপুনা য়ারবা য়েংনবা কৌবা লৈতনা।
কোজলিষ্ট তুংইন্না লাই দলাই পাবনা

অশিবগী লোনবু

কৌরি রায়েন্‌শঙ্‌ মপান্দা "চাওবা লাক্‌পরা চাওবা।"
পুশিল্লক্লে চাওবা মখুৎ তুংবুন্‌ পরৈনা
লেপহল্লে ডোকনু'দা যম্‌গী ছুত্তনা শঙছুনা।
ওরাংতা শিরক্‌পনি কোঞ্চাক্তা লাল্লংছুনা
লাল্‌হৌ সিফাই কাপ্পবা হাইদোরক্‌পা গুলীনা
পান্দুনা মথরাই থা-বনি কোঞ্চাক মযুম্মক্তদা
চিত্রগুপ্ত য়েংছুনা হায়্‌রক্‌ই রাচুম্‌শুবা—
"মাগী করি মরাল্‌নো করি করি তৌরক্‌পা ?
মিরেল্‌না হায়্‌রক্‌ই রেকোর্ড ফাইল্‌ য়েংলগা—
"তাবীযু লৈমাবা চহি যাংখৈনি ননাই চাওবা
খোয়্‌রেন্দ্রি চহি মবিফুনি সিবনি খাঙ্‌তপ্তা
নোংমৈ কাপ্পরে হায়্‌না থোক্তুনা য়েংলুবা
শিবনি মপঙ্‌ পঙ্‌ছুনা নোংমৈ গুলীনা পান্দুনা
উ অকংবা শাং ওহনৈ মা অপঙ্‌বা লান্‌ ওইনৈ
নাকন্‌ অনিগী মাগী উসিন্‌ ওইবা মহাক্লী
পঙ্‌বতা নত্তুনা অতন্‌বম্রু অমনি
হিংলিঙৈ তন্‌বনা থবক্‌ শুক্‌শু শুদনা
মতু মচা নৈছুনা লেম্‌জা চাছুনা লৈরক্‌পা
মীরেম্‌ ওইবা মহাক্লী খোয়্‌রেন্‌ য়ৌদনা শিরক্‌পা
অশিবগী লৈবাক্তা লৈফম্‌ লৈতে মখোইগী
অসি লৈবাক্‌ নিয়ম্‌ তুংইন্‌ তাহবঙ্‌দা অমুক্‌ হন্দুনা
লৈরুখিবা তাহ খোয়্‌রেন্‌ চহি রাৎহোবা।
মতু মচা নৈরক্‌পা অপঙ্‌বা মহাক্লী
গধা ওইনা পোক্তুনা অরূম্বা পোৎলুম্‌ পুছুনা।

লেল্লুথিবা তাই মালেম্‌দা চহিদো৷ ৱাংলিবা ।"
ৱাচুম্‌শুবা খানা চাওবা হংখি চাওবদা মরালনৈরব।
"তারেদনা নরালসে নঙ্‌গী করি হায়্‌নীংবা ?"
লায়্‌ববা চাওবা লাইদা কৈশু কংলক্তবা
কনা লৈত্তে লাই উকিল্‌ মাগীদমক্‌ ভাঙ্‌বীনবা
গাধাগা মীগা খেন্নবা খঙ্‌বা ভমদে্‌ পঙ্‌বনা
হায়ফম্‌ খঙ্‌দে য়েংফম্‌ খঙ্‌দে পঙ্‌বনা
গতি লৈত্তে করিশু তুমিন্‌ লৈবা নত্তনা
গাধা ওইনা পোল্লশু তাইবঙ্‌দা লৈরুনী খন্‌বদা
খোয়রুম্‌ মোমোন্‌ চাওবা য়েংজে ৱাচুম্‌শুবদা ।
কৈদি চাওবা পুথোক্‌খ্রে মথঙ্‌ অমা কৌশিল্লে
ৱাচুম্‌শুবা য়াথং তুংইন্‌ হায়্‌রকই মিরেন্‌ মূবা
রেকোর্ড ফাইল্‌ তপ্পা তপ্পা খাই তানা
"ওরাংতা শিবনি ৱাথদা হাংপনি য়োংপাক্লা খায়্‌তুনা
চহি নিফুনি ননাই থোইবা মাগীদি খোয়্‌রেপ্পী ।
খরনা হায়্‌নৈ মহাক্‌সে খুৎনেক্‌ খরনা হাংপনি ।
মানা লায়র নংলিভৈ লৌবুক্ত। লৌ উরিভৈ
লৌলীং খুলঙ্‌ চক্তুনা নোংমৈ চরা শেম্মান্‌ভৈ
লৌবুক্লা হাংখি হঙোই কয়া লৌন্‌ কয়া কয়া
য়োংপাক্লা কক্লুনা থাঙ্‌জৌনা য়ান্দুনা থাঙ্গোল্‌না লেন্দুনা
অহুনা মহাক্‌ শিবনি য়োপাক্লা খায়্‌তুনা ।
তাইবঙ্‌দা হংনরী কবি মরম্‌গী হাংলিবা !
শেল্‌ মুনবগী হাংপরা মুঙাইনদবা লৈবরা
মুপী কোয়্‌বা হাক্তক্ত। কেনা কেনা তৌনব্রা ?

অশিবগী লোন বু

বদরপুরগী য়ুমদোম্পোক্তা লৈরি হল্লকৃপী সনা
মহাকৃথক্কী হিদান্নবা অতৈনা মাবু হাৎপনি
য়ুম্থোঙ্ খুদীং ঙাঙ্নবী তত্তনা কানা কানি।
তাইবঙদা লৈরিঙৈ য়াম্না থুনা শেন পায়্থি।
ইনাক্ খুল্লে মহাক্ ফোর হেরোইন্ লল্লোন্দুনা
ময়ুম্ দলান্ মথোন শারে অহাউবতা চারে
মতু মচা মচে মচল্ সনা লুপানা তেক্থরে
সনাশাবা কোন্শঙ্ খুদীং মাগী মুপী য়াকারে।।
মোরে তাম্ লম্দম্দৈ লোন্না স্মগল্ তৌরকই।
কস্তম্না ফাবা হেরোইন কস্তমগা মান্নহনা লৌথোক্ই
য়োল্লি নাহা কযাদা মমল্ য়াম্না লৌহুনা;
মুঙাই-যাইফ-চা কয়াগী ওইহল্লি ফেসন্ পাম্নবা
ফেসন্ ওইবমদো—হৌজিক্তি এদিক্ট ওইখরে
মুঙাই-য়াইফচা কয়া মখোইগা তিন্নবা নাহা কয়া
সমাজগী উনৌ ময়োল্ থুইখরে ফোর লায়চুহনা
লৈনা লৈনা লৈতে হায়না মমল্ হেন্না কাওহন্দুনা
খোম্থি শেনয়াম্ মমানা পোকওঁ উথিদ্রিবা।
মানা এদিক্ট ওইহন্বা নহা কয়া শিখরে
কয়া'মনা ওইরে পুন্সি মাঙ্লবা মীরেম্
হেরোইন এদিক্ট কয়াগী মপা মমা কয়া
মরোল্ মরাং তাক্থরে য়ুম্ কয়া মুৎখরে।
নিশানা তা-হুৎলবা অফ-ফত্তা খনঙ্মদ্রবা
হিংচা-য়াইতম্ নহা কয়াগী থিংঙমদ্রবা
হুরান্-চিন্থি মীহাৎ মীপুন্না মেতলোক্সে থল্লক্লে

ঈংনা পাল্লম্বা মৈতলোক্ ভঙ্‌ তাদ্রে লৈইতাদ্রে।
সমাজগী উনৌ, জাতিগী ময়োল্‌ খুইরবা
মুংখিরোইদ্রা মৈতৈ কৌবা জাং মৈতলোক্‌সিদা ?
করি তৌদুনা লৈরি সমাজগী লম্‌জিংবশা
মৈতলোক্কী লুচিংবা জ্ঞান্ তারবা অহল্‌ লম্মন্
নখোইস্থু পোন্‌শুম্ লাইচুরবরা ঙাইহাক্কী য়াই চাদুনা ?
য়াচুম্‌শুবা হংলক্‌খি চিত্রগুপ্ত য়েংদুনা,
“হায়থরকুউ মথা মানা করি তৌখিবা ?”
“মৈতলোক্কী লম্‌দম্‌দা শেন্ পাইবা থোইবা
মুপী লৈরবা মহাক্‌সি থুরুই হল্লক্‌পী চান্দনী লাংদা
ভাইবঙদা হায়নৈ চিবোন্ চিবোন্ ঙাওনরী
মহাক্কা শিরিসে চান্দনী মহাক্‌থক্কীনি
লাম্বা ইঞ্জিন্নিয়ার ঠিকাদারনা শীন্‌বা থৌরাংনি
মীনেক খুন্নেক্কা হাংপনি, ফাদুনা পুখিবনি।
সিমস্থু হায়নৈ লোম্না লোম্না মফম্ থর অমদা
হেরোইন্ ফোর য়োন্‌বা তোক্রো কয়ারক্‌ হায়রক্লবনি
য়াদে মানা, মহুইদমক মাবু হাংখিবনি,
কনানা হায়নৈ—ওইফম থোক্তে থাজদে মদো
হায়রিবা কাঙবু অদুদা দান্‌ কয়া তৌখ্রবনি মানা
কাঙবুদুদি—হেরোইন্‌ এদিক্ট কয়া হাংখ্রবনি
মঙোন্দা শীংনৈ হায়দুনা—মাগী মীচং ওইদুনা।
হায়নহৌই মফম'মদা—থবরদা য়াওরে
চে-চাইরে—হাংপনি য়েক্লবগী স্প্যাই ওইবগী
মানা ফংখিবা চৈরাক স্পাই পুম্বা ফংগনি।”
মরক্‌ থংনা খঙ্‌হায় হায়রক্‌খি থোইবা

"ভাবীয়্‌ লৈমাবা রাচুমণ্ডবা থৌইখোইবা
তাইবণ্ড্‌দা হল্লগা অমুক্তা য়াবোইদ্রা হায়্‌ভরুবা
ইথা পেম্না লাউজকবা—অরাম্‌বনি খ্বাইনা হায়্‌জিন্‌বা পুম্বা
শিজবনি ঐদি ঐগী খোয়্‌রেন্‌ লোইছুমা
হাংপীবনি ঐবু মরাল্‌ লৈভ—কল্লকুবা।
মৈভলোক্তা লৈমাবা অতোনববু শুহংপী
রানা নোমছুমা ভাঞ্জবা শেন্থ্‌ম্‌ থরদং পায়্‌জবা
খ্বাই পুম্বনা কল্লক্‌পী মরাল্‌পুম্বা শীজিন্‌বী
শেরাম তুর'ন্‌ হাযজিনবা শুনীংদবা কাণ্ড্‌বুমা খিং হেল্লি
মাগেমদা অমুক্তা হজ্জকাগে থরাই পেম্না লাওজরগে
—করিগীনো নখোয়্‌না ওইদবা কযা শন্দোক্‌পীরিবা
থরাই খুবাক্তা হাপ্‌না ভ্‌মদা-হিপু—চাদ—থক্তা
থুদোংথিবা লমদম্‌ কয়াদা শিগনি হায়্‌বা কিদনা
তাঞ্জরুবা ইরনবু করিগীনো কল্লকপীরিবা ?
ঐনা রাজরুবা হোংনজরুবা কয়া কয়া
করিমতুন্থ খনবীদনা ওইদবা কয়া হায্‌জিন্দুনা
করিগীনো মুন্দুনা লৌবিগে হায়্‌রিবা।"
মথা তারকুই অমুবা মিরেন থোইবগী রা—
"থোইবগীদি খোয়্‌রেন্নী য়াররোই অমুক্‌ হন্‌বা
অশিবগী লোন্‌বু ভম্বরা অহিংবনা খণ্ডবা;
লাইদা ভীন্দা রুবতা ফন-মকংচৈ থোইবা
কাংপালী ঝ্‌লোন পুজা দেবী পুজা শিব পুজা
সনাম্‌হী চেণ্ড লৈবা ইমোইনু মৈ কংপা
উমংলাই হরাউবা কয়াদা কংথি য়াম্না মাগী দান

মশানা কৎনীংহুনা কৎপদি নত্তে হরাউনা
নম্ থুনা কৎহ্নবনি, দান্ তৌবনি কিহুনা
মাগী মরাল্ মৈত্তলোক্কী নাহা কয়া মাঙ্হনবা
সমাজগী উনৌ জাতিগী ময়োল খুইহনবা
লেংঙমদবা নোরোক্কা মত্তম্ কুইনা তাগনি।
হেবোইন্ চাহুনা শিখিবা মখোয়্না হেবোইন্ কাপ্কনি ?"
'তারেদনা নবাল্সে নঙ্গী করি হায়্নীংই।"
"হায়্নীঙাইদি লৈজদে ইরাল্সিস্নু য়াজদে।"
কৈদি থোইবা পুখোক্খ্রে মথং অমা কৌশিল্লে।
তোম্নু চঙ্লক্ই, সলাম্ তৌই, ডোক্তা লেপ্ই
লোয়্ননা চঙ্লক্ই সিফাই অনি—মখোইদি নম্বরনি
কুম্মাথোই কুম্নীথোই সলাম তৌই লেপই ডোক্তা।
তোম্নু পুলিস আফিসারনি শিবনি রাউণ্ড চৎপদা
মখোই তাহুম্মক্ এক্সত্রিমিষ্ট গুলীনা পান্দুনা
মখোই চৎপদা শিবনি ইকাই খুম্নফম থোকপনি
লান্ফমদা থরাই থাবনি স্বর্গগী থোঙ্ লাওনা হাংলি।
অহুবু তাইবঙ্দা তোম্নু লৈরিঙৈ, শিত্রিঙৈ
মীচম্ প্রজা কয়া কয়া ওৎখি মরাল্ লৈতবা
এক্সটিমিষ্টনি হায়্জন্দুনা নাহারোল্ কয়া
ওৎপিখ ফুবিখি জেল্দা থমখি মত্তম কক্কনা
মঙোন্দা খুদোল্ য়োক্কনবা কয়াদি থাদোকৃখি
য়োদবা কয়ানা কৈশুম্শঙ্দা রানা লেন্খি।
শেল্ চাবদা হালেংদবা মহাক্কী হায়্নরিবা
খুদোংচাবা নাম্থোক্হন্দে শোম্নরিবা—

চিরোন্-খারোম্, তৌহুনা মন্ত্রি-মুংত্রি খন্দুনা
খুদোন্পোৎ লান্দুনা চবান্-মুংবান্ থাহুনা
ফমথোন্ কাখি মথক্তা লৈবা কয়া কান্দুনা
জলবকী মথক্তা খুদোলপোৎ লৌবতা নত্তনা
নম্হুনা লৌই মুন্দুনা চাই খুদোংচাবা ফংবদা
চবান্সু চায়্, চবানসু খাই 'মাগীদি শেন্দোং তান্বনি
জলবকী থক্তা লে-ম্না ফংবা, নমহুনা লৌবা শেন্দুনা
ময়ুম্মকৈ ফজনা শাখি মাগী মুপী কোন্শঙ্ কাখি
মঙোন্দা খুদোল্বু তৌরবা চবান্বু থারবা
মিহাৎপসু দণ্ডি ফংহন্দে শাক্ষি-কাও মাঙহল্লী
মাগী লোইশঙ্ পুবা মন্ত্রীগী মচা মীহাৎপা
লৈবাক্ বাথোক্ ওইরফাও কন্খি মানা ইরায়্ লায়্না
মপুনা চান্নবা শাক্ষিফাও হাত্তোকপ্দা
হালেঙ্দবা মহাক্কী—রেকোর্ড কয়া মাঙ্হন্খি
রেকোর্ড কয়া শেম্দোক্খি, মশাগী চহি য়াংথৈনি
খোয়রেন্ ওইরে মাগীদি অমুক্ হন্নীংঙাই লৈতরে।
ময়ুম্দা পাম্থোইবী মন্দির কন্না হরাওখি
চহি খুদীং উমংলাই খুদীংমক্ চাকলোন্ কৎ লৈরোন্ তমখি
মনাক্তগী নম্বর অনি মানা হায়্বতা তৌবনি
লম্বী লম্থাঙ খোংখোঙ্দা গাড়ী চেক্ তৌখদা
লমঙেন্ তুহেন্ নত্তবদৈ ফোংনা ফুরিংথাও চপ্পনি
খুংলাই য়াওবা নাহাদি খঙ্শিন্নদা থাদোক্পনি
য়ুঙাওবনা য়ু ঙাওবা ফাবা মৈতলোক্তা তৌবনি।
মৈত লোক্তা ঙাঙনহৌহ—"ফংগ্র মরালগী মতীক্ চাবা।"

মথৌদ'মায়্‌ ওন্দ শিবগী স্বর্গ লম্‌দা চত্রিঙৈ মতম্‌ খর
লৌনম, চিরোন্‌ তৌবগী মরাল্‌ লৈতবা ওংপগী
উৎপাৎ খর তৌবগী অরাকম্‌দা তাবা তাই ।।"
পাম্বোইবীনা থারকপা লাই উকিল্‌, হৌগত্তুনা ওাঙ্‌খি
''মমাংঙৈ শ্রীহরিনা কন্‌খি অজামিল্‌ পাপ্‌চেন্‌বা
শিরম্‌দাইদা অমুক্তং মাগী কোলোই শোল্লুবা
শিবরাত্রী অহিংদা উথক্তে উনা কেল্‌হন্‌বা শাদানবা
যমনিংথৌ চৈরাক্তে কন্‌খি মহাদেবনা
লাইয়াম্‌দা চাকলোন্‌ কৎ লৈরোন্‌ তম্‌খ্রবা তোম্ব
অরাক্কম্‌দা তাবদৈ কন্‌বীকম্‌ থোকই মাবু
তাবিয়ু লৈমাবা অশি লৈবাক্‌ ব্রায়েন্‌ মপু
প্রমান্‌ য়াওদবা মরাল্‌গী ফংফন্‌ থোক্তে ব্রায়েন্‌ চৈরাক্‌"
প্রমান শাক্ষি পীনবা মীরেন্‌ মানা হায়্‌জবা
কেশ অহু য়েথোক্‌খ্রে মথং মুমিং অমদা ।
মথোই অহুম্‌ পুথোক্‌খ্রে অহুম্‌ অমা পুশিল্লক্লে
মোহন, জয়, ভেম্ব', ওরাংতা শিবনি লোক্তাক্‌ পাংপান্দা
লালহৌবগী লুমকাপ্তা সিফাই অহুম্‌ শিগ্রবা
শাওরবা লেকসন্‌ অমনা কোম্বী' ওপরেসন্দা
লমন্‌ থুম্বা ওইনা মথোই অহুম্ব পাংপান্দা
হিথক্তে কুমথরক্‌পদা হেক্তা হাংপনি কাপ্তুনা
চহি থুহ্ম্রমঙা, কুম্ব্রাক্তরুক, কুম্ব্রানিপাল্লি
মথোয়্‌ অহুম্মক্‌ লাইরিক্‌ হৈবনি, বিএনি ।
ওঝা অমত্তং ওইনবা কেরানী অমত্তং ওইনবা
হোৎনরুই চহি কয়া সরকারগী থবক্‌ অমত্তং ফংনবা

য়াওরুই ইণ্টভির্য়ু কয়া থারুই পরিক্ষা কয়া
অমত্তা কান্নখিদ্রে চবান্ থানবা লৈত্তবনা
মখোয়্দগী হেন্বনা অতুম্ ফংখি শেল্ লৈবনা
মসাই শিনফম্মত্তং তৌনবা সরকারগী মত্তেংনা
ঙা য়োক্পা ষন্ লোইবা য়েন্ লোইবা ওক্ লোইবা
ইন্দষ্ট্রি' মচা'মত্তং লিংখৎনবা উত্তবা, লী লোন্বা, থাঙ্শাবা
সবসিদি গ্রাণ্টকীদমক চেঞ্চরুই সরকারগী অফিস কয়া
লোনগীদমক কা-জরুই বেঙ্ক অফিস কয়া
ফংখিদে—ফংবা ঙমখিদে চবান্ থানবা লৈত্তবনা
সিফাই খন্গে 'হাৎনরুই মতুম্ খন্বীরক্তে
কৌটাস্থ নত্তে মীচং ফঙন্ লৈজদে।
কুলী-কুরাং ওইবা, পোৎ-তোন্ থেলা-ইন্ সিমেণ্ট-থাং
শম-কক্ কাপ-থা পানীরালা ওই হৈনদে বিএনিমা
তম্নক্পদা য়াওরক্তে লাইগী মচা ওইবনা
উনবা লৌ লৈতে হাজিরা শুফম্সু ফংদে
হিংদবা য়াদে কাববার অমদি তৌদবা য়াদে।
মতমসিদা অচৌবা খরনা থিরক্ই লোম্না
মিহাৎ খুনেক্; লুপা য়াম্না পীনি হায়্ মখোইনা।
হৌখি কারবার য়াম্না লোম্না খুৎনেক্তা মীহাৎপা।
অরোন্বা লম্বীদা শন্দোরক্ই মখোইগী ষিংচৎ
শেল্সু য়াম্না ফংখি মপং মথং চাওখৎলকখি
মখোইগী কারবার খুৎনেক্তা মী হাংপা;
খুৎনেক্তা মী কয়া হাংখরে মখোই অত্তুম্
মখোইগীদি শেন্দান্ লম্বীনি অসিনা

অচুম্ অয়ান্ থিদে নহা অহল্ খায়্দে
শেল্তবু ফংলবা মুপী অঙাং খাক্তে
থিন্দুনা তান্নকপা মীদো হান্তুনা তোক্তে মখোয়্না।
লোয়া থবক্ পাঙ্থোকপা হৈনবীনি মখোইগী
অঙাংওইরিভৈদগী য়াওশং কৈথেল্ পোৎলাকপা
য়াওশং বা-হুয়ান্বা য়েন্শাং-নাপী হুয়ান্বা
খুয় পুংকক্ চাওরকপা য়েঙ্গোন্দগী য়েন্ হুয়ান্বা
য়েরুম্ লৌথোকপা ফজনা ত্রেইনীং ফংলকই
মপু কনা অমত্তা ঙম্খিদে মখোয়্বু ফাবা
পাখং ফার' কান্দম্মু চাগাক্ ফাগাক্ তৌদুনা
মখোইবু পাম্জবা গুপী ফাও নম্থাক লোনম্ তৌবিখি।
খুৎনেক্ লাক্তবা মতম্দা লোক্তাক্ পাত্তা কুম্থুনা
ইঙ্গিং-লোংখোন্ তৌদুনা লেখোকই মীচম্ ওইনা।
তাইবঙ্দা হায়্নহৌহ সিফায়্না হাৎপীরে
মরাল্ লৈতবা মোহন্ জয় তেম্বা
মখোইগী চৈরাক্—মরাল্ লৈতবা মী হাৎপা
অয়াকম্ নোরোক্তা মখোইবু কাপ্তুনা য়ান্দুনা
লৈবা তাই—খোয়রেন্ য়োদনা হাৎখিবাশংদুনা
মখোইগী চহি মশাং খোয়রেন্ লোইবা ফাও।
"তারেদনা নখোইগী নরাল্—করি লৈ হায়্নীংবা"
হৌগৎলকই লাই উকিল্ হায়রকই পুন্না মখোয়্না
"তাবীয়্ লৈমাবা অসি লৈবাক্ রায়েন্ মপু
প্রামান্ য়াওদবা মরাল্গী ফংফম্ থোক্তে রায়েল্ চৈরাক্
মখোইগীদি কারবারনি মী হাৎপনা খুৎনেক্তা

হিংননবা উপাইনি ; অচুম অরান্গী দায়িদি
মখোইবু নেক্পশিংহুগী ওইক্কম থোক্ই শোয়্দনা ।
মশাগী কারবার তৌজবা করিগী দশ্তি ফংগনি ?
শণ্ডৌংবগী থবক্সি থায়্নদগী লৈরক্লী
মান্নদবা হায়্ববু মহোয়্ সি সরকারগী নত্তে মরম্নাইনি ।
সরকারনা থবক্ পীওম্দে মরম্না কারবার তৌজবনি ।
মমাংদা পণ্ডলিংভেদদি চিত্রগুপ্তনা হায়্রগা
ইরিবা রেকোর্ডতু য়েংলগা অমুক্ য়েংপা তৌদনা
মাগী মাগী মরালগী মন্তিক্ চাবা দশ্তি ফংনৈ
মাগী মাগী তৌজ কর্ম্মে মহৈ অচুম্ ফংনজৈ ।
কুন্শুবা শতাব্দি লোইরম্দাই কলিগী চহি লোইরম্দাই
হৌজিক্তি য়েন্তবা য়াদবে অইবতু চুম্মী হায়্না
মরম্ অসি লৈবনা দরকার ওইরে লাই উকিল্
শাক্ষী সাবদ চঙ্লক্রে মিরেন্গী রেকোর্ড চুম্বরা ?
মিরেন্গী রেকোড তনা চৈরাক্ পীবা য়াররোই
লাইরৈবাক্তস্থু অগোংবা নাই, হান্নগী চংনবী য়াররোই
পুথোক্পীয়ু শাক্ষী. রেকোর্ড চুম্মী উৎপীয়ু
এখোইস্থু শাক্ষী লৈজরা- চুম্দে হায়্বা উৎনবা ।”
চিত্রগুপ্তনা খুম্নক্খি—রেকোর্ডতা ইরি পুম্বা
মুন্না খণ্ডবা শাক্ষী লে —মতম্ চানা পুথোক্নি
শিজ্রিবনা হৌজিক্তি অসি লৈবাক্ য়ৌরক্ত্রি
বায়েন্শণ্ডা মখোইবু হৌজিক্ পুথোক্পা ওইথোক্ত্রি—
অহুনা রেমাণ্ড তৌবিয়ু যম্দূতকী কৈণ্ডম্শণ্ডা ।
য়ারোইশিন্বা য়াদরে মখোইগী বিচার য়ৈথোক্রে
রেমাণ্ড তৌখরে অতোপ্পা মুমিৎ লেপ্খরে ।

ওসিগী অয়োইবা ওইনা পুশিল্লক্নে থন্নাই মিরেন, তোম্বগী মখুৎ তুংবুন্ য়োংহ্লিং ফলাং চন্ ডোক্তা লেপ্হন্নে লম্হেন্বা নহানি -কৈশুম্শণ্ডৈ নাম্বোকুনা চেন্নুরে। কংক্রীত জঙ্গল্দা ফংহনা ফারকৃপনি অমুক্ হন্না।
তোম্বগী বিচার হৌরক্নে, হায়জরকই তোম্বনা—
''ঐদি শিবগী রাজদে, ঐনা খংজনীংবদি
তাইবঙদা লৈরিঙৈ ঐবু করিগী হাংপীরি
হাংপগী মরম্ হুমস্তং খণ্ডজরগা ঐহাক্সে
ইমাদা পাউদম্জরুগে হাংপা মীদো খণ্ডজগে
তাইবঙ্দা লান্না হায়জিন্বা মহুমতগা শেংদোক্চগে ?''
তোম্বৈ থন্নাই মিরেন্ শংত্রিক্ য়েংই রাচুম্শুবা
খণ্ডখি মাগী শিবৈই মতম্ য়ৌদরি হায়্বা
হংলক্ই মরম্ পুম্বা চিত্রগুপ্ত মিরেন্ য়েংনা
''করি করম্ তৌরক্পা তম্মু 'মত্তা চিথদনা।''
''রাবগাই তেরা উরক্তা লৈরম্মী তোম্বা শিহনা
থাশিগী অহিং, অহিংগী মরিশুবা য়ুথক লোইরম্দাই
অয়ুক্কী অহানবা যুথক্ য়ৌদ্রিঙৈ-লংদাই মিকুপ্নুং
মিরেন্, ঐগী পোত্থাবা মতম মিকুপ্ সিমক্তদা
খণ্ডহৌদনা থৌদোক্ অসি থোক্লম্লে কনানা
কমদৌনা, করিগী হাংখিবা লৈরম্দ্রে ঐগী রেকোর্ডতা
রাবগাই তেরা উরক্কী উ, রা নাপী শীংবী
কোজেং হারৌ উচেক রায়া পুম্বা হংলক্নে চিথদনা
মালেম্ লৈবাক্, থন্নাম্নীচাক, অমম্বা, হংলক্নে লোইনা—
হায়্বা ওমদে, কনা মত্তা কনানো করিগীনো—

মখোট খঙ্ট মাবু হাৎপা মখোট্ট তরুরা
অহুবু অমন্বা অহিংদা মমিং মমায় খুম্বনা
খঙ্হৌদরে মশক্তি, হংকরস্ত তোম্বনা কনা
মখোইনা হায়্দোক্কবনা খঙ্বঃ ঙম্ত্রে মরম্দি।
শিউ হায়্বা লৈত্রিবা তোম্বগী থরাই মিরেন্সে
হন্নসন্থু তাইবঙ্দা য়োৗরসন্থু মৈতলোক্কা।"
তারবদা চিত্রগুপ্ত মিরেন্ মুবৈ রিপোর্ট
থাদোকপীরে তোম্বগী থরাই মিরেন্ থীন্দনা—
হায়রক্ই রাচুম্শুবা অসি লৈবাক্ লৈমাবা
"চৎলো নহাক্ মৈতলোক্কা হিংনা লৈরো অমুক্ হন্না
শেং দোক্লুরো তাইবঙ্দা নঙ্বু লান্না হায়জিন্বা।"
হৌগৎখ্রবে লৈমাবা থোঙ্ থিংগ্রে রায়েন্শঙ্।

(৭)

তে স্বগী থরাই মিবেন অসি লৈবাক্তি হল্লক্লে
চেন্না চেন্না লাক্‌পনি তেরা উরক য়ৌরক্লে
মাগী মশাদি লৈরমদ্রে পোৎলোইনবা পুরম্বা তারে
মযুম্‌ মায়কৈ পাংলক্লে পাখৎ খোঙথাং থাংলক্লে
লম্বীদা তাখি—মমানা কৌবা, খুম্না খম্না চেল্লক্লী
মযুম্‌দা মীয়াম্‌ তিল্লম্মী ঈশৈ নোংমাই তৌরম্মী ।
খণ্ডলে মাগী শোবাৎনি—অসি লৈবাক্তা পংনিতনি
থরাই মানা লৈক্রুবা. অত্তুবু তাইবংদদি
শোবাৎ হুমিং যৌরম্লে কপ্ন-লাওনব' খল্লমলে
হকচাং পোলাং ঈম থাখ্রে থবাই ঐতা হিংগৌবে
হকচাং পোল্লাং য়াওদবা হিংলিবা তোম্বৈ থরাইসে
পলেম ইমানা শকখণ্ডদে ইচম্নম্ভ উবিদে
ইমানা ঐবু কৌরিবা ঐনা খুম্বা তাবিদে
অশিবগী লোনসিবু অহিংবনা খণ্ডদবরা
লেপ্লুই ঐনা অস্থি নাক্তা লেপ্লুই ইমাইনাক্তা
হবাও হরাও হায়জকই ঐ লাক্লে হায়না
কনানস্থ উবিদে কনানস্থ তাবিদে
শিত্রবনি ঐদি হিংলবা—অত্তুন উবিদে
হকচাং পোলাং য়াওদবা থরাই ঐবু উঙম্বা
অহিংবা তাইবঙ অসিদা লৈত্রবরা কনামত্তা
অশিবগী লোন খণ্ডবা লৈত্রবরা অমত্তা ?
মশা য়াওদ্রবা থরাইতা মযুম্‌ চণ্ডবা য়াদ্রবা ।

অশিবগী লৌনবু

তোম্বগী থরাই মিরেন শোবাংকী তম্না মবুক থন
মৈতলোক্‌সি কোযরক্লে মাবু হাংপৈ মরম্‌ থিবা ।
ইচম্‌ চম্‌জবা তোম্বা, শিরবা কান্দা মাগী থরাই
ওইরক্লে রাখল লৈবা মরৈবাক মৈতলোকপু মুংশিজবা ।
কোয়্‌পাই পাই কোইচৎচৎ লেতরে মানা য়োঁঙম্‌দ মফম্‌
থিরি কদাইদনো মাবু হাংপা মাশিংদে ।
পুংনিতং অসি লৈবাক্তা লৈরুরিডে তোম্বনা
মতাম্‌ তৌনা মশক্‌ প্‌মঙন ওক্লম্লে মেতলোক্‌সে ।
লৈবম্‌দ্রে নীংতম্না পাম্রম্বা লৈকোয় মপু লৈমাবা
লৈঙাক্লম্লে প্রজানা খন্‌বা লেঙাক্‌পা চহুম্না
মৈতলোক্‌ রাংমদগী থৌদারক্‌পা তুংইম্না ।
চাংতম্‌ মক কোক্লে অচৌক্‌ অশা ওম্লরে
মালেমগী মীনা থল্লম্লে চিংন্‌ চায়ন্‌ য়াদরে—।
চাক্ল-ঈংনা রাত্ত পাদ-পাল্লম্বা মৈতলোক্‌
ওইরম্লে অরাংপতনা থল্লবা তাঙতম্‌ খৌরাং চাক্লাং লৈবাক্‌ ।
ইপা-ইপুনা থম্বীরম্বা সনা লুপা মনি মুক্তা
হী-য়াই ইচাই চাইনা তারি লোইশিন্‌বীনবা লৈত্রবা
মৈতলোক্‌ রাংমদৈ কয়ানা খুল্লরি, হুত্নুনা পুরি ।
ফিজ্রেং-চাকচা ওল্লবা মশাগী হীয়াই মাঙখ্রবা
ইশুম শুঙ্খাংলবা তল্লবা মৈতলোক্‌ মচানা
শোক্ল-খল্লুবা ওমদবে ইচাই চাইনা তারিবা হীয়াই মনি মুক্তা
ওম্থোক্‌পনি মাংলেদকো ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা পুম্বা ।

তোম্বৈ থরাই মিরেন চঙ্‌লুই মীয়াম্‌ তিন্‌বা মফম্‌ 'মদা
মৈতলোক্কী মীখন্‌ তৌবৈই ওইম্বশী মীতিম্‌ অমা

ফম্বাক থক লেপ্তুনা মীরেপ কয়া, নিরম্মী প্রাজাগী ভোৎ
মখোই খুদীংমক লাওনা শাওনা চৈরম্মী হৌখিবা সরকার
রাশকই অকবা তৌনি নিরি ভোৎ কপ্পা কপ্পা।
অহুবু হৌখিবা সরকারস্মু মখোইনি লাকদবস্মু মখোইনি
রাশক অমত্তা ওাক্‌খিদে অকবা অমত্তা তৌখিদে।
মুমিৎ খুদীং মরাল্ লৈত' কয়া হাৎপীরি
শিগ্রবশিংহুদা মরাল্ কয়া থৈইজিন্‌বীরি
সরকার অমত্তনা হংখিদে থৈজিল্লিবহ্ চুম্বরা ?
ফম্বাক থক্তা কাখৎ ভোম্বৈ থরাই লাউরুই মখা ফাক্লা
'কনা কনানো করিগীনো ঐবু হাৎখিবা
করিগী হায়জিনবীরি ওইদবা কয়া অশিবদা।"
কনাস্মু খুম্নক্তে, তাদে খণ্ডদে, মাগী রাকৎ
ভোম্বনা শোঞ্জৈ ঐগী লোন্‌সে মৈতৈলোন্ নত্রবরা ?
অশিবগী লোন্‌বু অহিংবনা খণ্ড্‌বরা ?
মীথন্ লোইখরে মীরেপ, হুম্ফু কাখরে
থরনা শাওরি, থরনা হরাওরি—মখোই ভোৎনা কাখরে ?
য়েরক্তে ভোম্বৈ থরাই চাওরবা হোল্ অমদা
মীথন্দা কারবা মেম্বর হুম্ফু শান্নম্মী অহুদা
"মন্ত্রী ম্যুজিকেল্ চেয়ার" মিহৌ ঈশৈ শুরদা।
কম্বা কংল চৌকিফাও কৈ-কত্তে য়েংনৈ মশেল্
মহুদা পুক্নীং লুপখিবনা মীথন রাশক কাওখরে
চৌকীদ লাইনীং ওইখরে চহি মত্তা হৌখরে
শান্নরিঙৈ মতম কংদে, থংনরিঙৈ রাখল থোক্তে
শংদে পান্নখৎনবা থৌরাং, থবকমত্তা তৌবা ওমদে।

অশিবগী লোন্‌বু

উরুবদা থরাই শোকৃখি চঙশিন্দুনা লাউজরুই
"করিনো তৌরিসিবু লৈবাক্কী রাবা উররোইদ্রা ?
করিগী হায়ু জিন্বীরি ওইদবা কয়া অশিবদা
অশিবৈ মপা মমা মীওইবা নত্তবরা ?
নোংমা-নোংমৈ হংৎপীরি মৈতলোক্ মচা মরাল্ লৈতা'
ওইদ'-চুমদ' মরাল্ কয়া থৈইজিন্বীরী মখোয়দা
থুম্রুরোই হায়ত্নুনা শিগ্রবা শিংত্নুনা
নখোই কনাসু হংবিদে করিগীনো কনাননো ?
ঐনা হংজরি কনা কনানো ঐবু হাৎখিবা
হায়ু বীয়ু করি মরম্গী ঐবু হাৎলিবা
য়াওরিবরা নখোই লঙ্গা ঐবু হাৎপিখিবা ?
শান্নবদা থরাই লূপ্লবা কনাসু তাদে মানা হায়্বা
মমাঙ্দা লেপ্লীবা মাবু মশক্ কাওবা উবিদে
কনাসু করিসু থুম্রক্কে শান্নবা লেপ্পা লৈত্তে।
অশিবগী রাবু অহিংবনা তাবরা
অশিবগী লোনবু অহিংবনা খণ্ডবরা ?
তোম্বগী থরাই মিরেন্ য়োরক্লে কৈথেন্ অচৌবা
চাওর' রাংলবা তুকান্ পরেং পরেং লৈরি
মতুদা য়োল্লি অপাম্বা পোং পুম্বা মথল্ শুনা
ফজরবা ফিরোল্, মংশুম্বা কোল্লীক্ লীক্লাই লৈত্তং
থুম থাও চেং-হরাই চান-থক্লা পোৎ কয়া
মপান্দগী পুরক্পনি মপান্গী মীনা য়োন্বনি
মপান্দগী পুন্নমক মৈতলোক্লা শেৎন ইন্নচানবা
মৈতলোক্কী মুপী কৈথেন য়োল্লি মনা মশীং ঙাক্তেক্ ঙাকং

অহুম্সু অয়াম্বদি পুশিল্লকপনি মপান্দগী
মুন্‌বা নাইড্রবা মোরে মঙ্গল্‌ ঈশিং চঙ্‌বা বিহার আলু
বোরা নম্বা শগোল্‌ হরাই শীন্না য়াক্‌পাময়াং খুম
মৈতলোক্‌না চাবি লৈরা ফংহৌররোই মতাগুম্‌
খাখিদরে ফংখিদবে মৈতলোক্কী অঙাংবা আলু ।
হাওরবা মঙ্গল্‌ মমিৎ মুখী শগোল্‌ হরাই
ফংখিদরে থোক্‌খিদরে মৈতলোক্কী হাওর' ডা
শরেং, পেঙ্‌বা, থরাক্‌, ঙাকোন, খাবক্‌, ঙমহাই ঙাখা
মরুমদা লোইমা মেৎথৎখ্রে-মথোই লৈফম্‌ পাং পুম্বা
মীরান্‌গী যুম শাজিন্‌খ্রে মৈতলোক্না উন উনা ।
শুফম্‌ নোম্‌ফম লৈশিল্লক্রে মৈতলোক্কী ঈমা ইবেন
খঞ্জেং মথন্ত' জোম্বা "মরল মথুম্‌ তৌনা লৌবিগ্রবা
তল্লবা মৈতলোক্‌ হিংদোরী কয়াম্‌ কুইনা করম্না ?"
খঙ্‌হৌদনা চঙ্‌লুরে গলাগী মীতিন্‌ অমদা
মহুদা পুল্লম্মী হান্নদৈ লৈরবা বাঙ্গাল্‌ মাররার
কোম্না লাকপা দেশরালা বিহার পঞ্জাল্‌, তামিল্‌, কেরল্‌
মখোয়্‌ পুম্বা লাক্‌খি মৈতলোক্তা ঢুমঢুমা পৈশা কোৎপী
তাই হায়না পৈশা ইচাই চাইনা শোরোক্না খোংবান্দা ।
য়াওরম্মী অমা অনি হৈশিংল' লুসাই তাঙখুল্‌ কবুই চীংমী
ধর্ম্ম পুম্বা শুরে হিন্দু ইসলাম্‌ শিখ খৃষ্টান্‌
সভাপতিনি নিশানা পঙ্‌থর' মৈতলোক্‌চা 'মনা ।
হৌগত্তুনা ঙাংলি মথং মথং পঞ্জাল্‌ কেরল্‌ বীহার—
"চুম্নে ঐখোয়্‌না তারকৃপা মৈতলোক্‌ ঢুমঢুমা পৈশা কোৎপী
তারি পৈশা ইচাই চাইনা শোরোক্না খোংবান্দা

খুনববু হৈরবা খুন্নী লুপা খাওজাও খাওজাও
কারবার মখল খুদিং শেন্দোং লৈবা ওাক্তনি
চাক্নী কিনি কারবারদৈ-ফুল-লম্‌খোপ-অয়োন্‌-অথুপ-কারবারকাও
ওবা নোম্বা ইকাইত্রবা শেম্মোক লৈবা ওাক্তনি।
শেল শওবায় শওবায় কংবনি নোম্বা কনু রাংপা লৈরোই
শিংবদা চংলু অরা কংলোই কারাম্‌ চাওবা উংকনু
মমল খর খর হেঙ্গং খজিক খজিক য়ান্না লৌ
কাও চাক্‌চা য়াখুল নাইদে ঈংনা জত্তনা লৌবকৈ।"
মখোয় মশেল্‌ হায়রনরুই অমগা অমগা রাপাঙ্‌নৈ।
"মশা নানবা মৈত্ত লোক্‌ ইজং চাওবা মৈত্তলোক্‌
গুনীংদবা মৈত্তলোক অনৌবা পাম্বা মৈত্তলোক্‌—"
রাঁহেশিংসি তাবদা সভাপতি মোমোন্‌জে
মানা উইথরিত্তৈদা লোম্না তপ্পা নাকোংদা হায়নৈ—
"ব্যবহারবু কারত্রবা মকোক্তা নেংপা য়াবনি
অমুক্তংবু পওখত্রবা চাবী থাবা লায়বনি
মীতৌজবা হৈবা মৈতলোক্‌ মখোয়্‌ মশেল্‌ খুন্নুনি
মরোল্‌ লোন্‌বা মমাঙ্‌দা অত্তবা হয় ওইবনি।
মমারোল্‌ ফুংশিত্তা হায়বনি ব্যবহারদি তৌদবনি
মীরৈবাক্‌ লোন কিয়িজী লোন পাম্‌জবনি য়ান্না
কিয়িজী লোন লোন্নবা মবুক্তে কোংখোক্নুনা পীজবনি।
লৌশিন্নুনা থম্মু বেহুতগী অহন্‌বা নোট মঙাচংপী অনিচংপী
পীননবা মশা নান্‌বা মৈত্তলোক্‌ মচা গপচাওবা
কর্মগী দজিনা ঈশৈ নোংমাইদা থাননবা
কান্নবা কংনবা খিত্তনা চাবী থাবা য়ানবা।"

তারুবদা পুম্নমক খল্লক্লে থরাইমিরেন্ তোম্বগী
হেক পোকপদগী হৌনা মখোইনা পীজবতা চারবা
মখোয়না থোনবতা শেংলবা মৈতলোক মচা পুম্বা
ওইরে চিঙ্গাক ফিজেৎকী মীনাই কাওখ্রে মপা মপুগী ফিজেৎচাকচা
মখোইনা হায়বতা ইল্লে থাখ্রে চাবী ইরায় লায়না
হৌগৎলবোই শিরেঙকো মৈতলোকী মচা পুম্বা
হাংখ্রেদো মখোয়না ঐতা নত্তনা ঐখোয় পুম্বা ।"
চঙশিন্দুনা লাউরুই সভাদা হংজখি মখোয়দা
"ঐনা হংজরি কনা কনানো ঐবু হাংখিবা
হায়বীয়ু করি মরমগী ঐবু হাংখিবা
য়াওরিবরা নখোই লক্তা ঐবু হাংখিবা ।"
কনাস্সু খুম্নক্তে কনাস্সু তাবিদে মানা হায়বা
অশিবগী রাবু অহিংবনা তাবরা
অশিবগী লোনবু অহিংবনা খণ্ডবরা ?

মীতিন লোইখ্রে মখোই মশেল কায়নখ্রে
কাণ্ডবু কাণ্ডবু চণ্ডনখ্রে ধর্ম্মশালা, মসজিদ গর্জা গুরুদারাদা
খম্ন-নৈনৈ-থৌরাং হয়েংগী, চহি অমগী, মণ্ডাগী, জন্মগী ।
মৈতলোক্ মচাতনি নাইতোম নাইতোম্ তারিবা খিৎত্রিবা
খবনা তু'রি য়ু খরু' মপান্দা খরনা চাওরি গঞ্জা
খরনা চারি কানি, খরনা কাপ্‌লি হেরোইন নবল কোর
খরনা শান্নে জুয়ার, খরনা ওটক্লি মীয়োং
উনদে শিঙ্গদে অমগা অমগা অমগী বা অমনা খঙদে
যেৎনৈ থৎনৈ ফুনৈ হাৎনৈ—মীতৈ মৈতৈ মণিপুরী
ময়েক তরা নিপাল, কুন্তরেৎ, কুম্ভ্রাঙা

অশিবগী লোনবু

গৌরধর্ম, হিন্দু ধর্ম, সনামহী, মৈতৈ মরুপ
ইতিহাসকী বা চণ্ডদে হৌজিক্কী ফিভম খণ্ডদে
খন্না পাম্মী মধ্যযুক্তা হঙ্গিনবা তুম্বাদা ঈশিং থকপা
রাখল খনবা ওমদে হোরেলগী হয়েংগী হংচিংকী,
শু-নোমদে তল্লি—অকং অফংবা লাক্লে মুন্নে—
চন্না তানবী লায়রবী ইম ইবেন্তনি য়েলাং কেঙোই ফোয়রিবা।

ইপা ইপুগীদমক চাওখোকচৈ ঐখোয় পূন্না
অতুবু মখোয় গুমদি নোমদে হোৎনদে খন্দে
ইপা ইপু কন্নি তৌরম্মী—তন্দে নোম্বা কল্লম্মি—
রাখল খল্লম্মী শাংনা—লিংজেল পাল্লি—কল্লি
লৌ উই—মনা মশাং থাই—সশিং থাই, শেংন ইন্ন ফি শাই
মীরৈবাক্কী ফিজেৎ পান্নমদে মীপাল তাংদনা হিংলম্মী
লান তৌই লান ঙাক্ই লৈবাক জয় তৌবম্মী
লালুপ, কায়, লৈবাক্কী থবক পূন্না তৌরম্মী।
হৌজিক্লি কদাই—পোক্পদগী হৌনা মৈতলোক্কী মচা পূম্বা
মৈতলোক্কী নত্তবা অশেম্বা যঙোম পীথক্লে অশেম্বা ওমোক পীজরে
অতুবা ফিজেৎ থোনবীরে মীয়োন হান্না তম্বীরে
মত্তুনা কেসন, ওইনরে মীকমগীতমা করে খল্হল্লে।
মপান্দগী পুশিল্লকপা চিঙ্গাক্তা চাখিবনা
কাওখরে নীংতম্বা ইপা ইপুনা চান্নম্বা চিঙ্গাক,
খিরদস্থ কংখিদ্রে মৈতলোক্তা থাখিদ্রে থোকখিদ্রে
অরৌবা চিঙ্গাক্কী মীনায় ওইরে পঙথরে, হী-য়াই মাঙথরে
নুং তাওরে লশীং লুপংদ্রে মোইখাপ নাইবৈ থোঞ্জেল তাঁথদ্রে
কন্না লৈনী নীংতম্না মীগী মপাল তাংলবদা।

মৈতৎলোকী মচা হৌগ্রববু হুংশিজবা
মনীংতম্বা পাম্‌জবা মৈতৎলোকী মাঙ্‌গ্রগদবা
অরুংবা মনি হী য়াই চেৎনা নুনা থমজনীংবা
নীংবা কায়্‌রে মালহৌনরে, চমন্নরে তৌকম্‌ থঙ্‌ন্রে।
তোম্বগী থরাই মিরাংপান্‌ গলীদগী অসুম্‌ লাক্‌পনা
শোরোক্‌ অচৌবা য়োরক্লে উরক্‌লে তশেং তশেংনা
মৈতলোকী লৌবুক্‌ লম্‌হাং চীং পাৎ তুরেল্‌ উমং-রামং।
মাঙ্‌দা লাক্‌লী চাওরবা সভা যাত্রা পাখঙ্‌ লৈশা লিশীংগী
অমুনা ফি শেৎলি অমুবা ফিজেৎ কোক্তা য়েৎলি
অমুবা ফিরাল্‌ পাই অমুবা ফিগী প্লেকার্ড পুই
চাওববা ঢোল অমা লোরী থক্তা হাপ্‌ তপ্পা হৌবা রৈ।
লাল্‌বু'গী সভা যাত্রানি—পরৈ হন্‌গনি, মীয়ান লৈকরোই
লাওরি, ইরি প্লেকার্ডতা, উরুবদা তোম্বৈ থরাই মিরাংপান্‌
মথন্তা থঙ্গখি—শেৎলি-য়েৎলি অমুবা ফি, ফিরান্‌
য়েরিবা ঢোল্‌—মৈতলোক্তা শাবা নত্তে
মৈতলোক্‌ রাংমদগীনি লৈরুবা শেল্‌ ফিংনা
লৌগ্রবনি লৌনীংবা মমল্‌ মখোইনা থদুই
লাওবনা তানবা য়াবরা মীয়ান্‌—হিংবা তম্‌ত্রবদা
মখোইগী মঙ্কেং নত্তনা মখোইনা পুরক্লগা শেৎলিবা
মখোইনা পুরক্লগা চারিবা—শেৎন-চানবা হজিব।
মখোইবু করম্‌ তান্দোবা, লাওবনা তানবা য়াবরা?
পুকী পুক্রী পায়্‌রিবা মখোইবু করম্‌ তান্দোবা?
ইপা ইপুনা হিদাক্‌ ওইনা নত্তনা চারম্‌দবা ফিল্‌হ্রো চনম্‌
মীপুম্‌ থুদীং চারবা যুগ মখোইনা লৌনীংবা মমল্‌ লৌরকাও
মৈতলোক্তা থানি থংত্রবা করয়া মখোয় বু তান্দোবা?

. অশিবগী. লোনবু

সভা যাত্রা য়াওরিবা পাখং লৈশা শিংসিনা
তিল্‌হো পান্দী অমমমক্তং ময়ুম্‌দা খাহ্নুনা হৌরবা
মমল, খরদম্নু হন্থনি মক্তং ওইনি মীয়ান্‌ তান্‌বা
চীংনা মরু কোক্‌লবা, লৌবুক্না ইহাং হাংলবা
ঈংখোল্‌দা নাপিতা চৌরবদা মৈতলোকী মচা
লাইগী মচা ওইবনা করম্না হিংগদৌরি নীংতম্না?
চীংনা কৌটাগী ওইরবা তম্না মীরাম্না থংলবা
অহাঙ্‌বা লম্‌ লৈত্রবা করম্‌ হিংদৌরী মৈতলোক্‌
মীরম্‌ চিঞ্জাক্না তপ্‌না তপ্‌না হাৎপদা য়াওরবা
হাঙ্‌লবা লম্‌হাঙ্‌দা কোক্‌লবা চীংদোন্দা
মখা ফাক্না লাউৈজে তোম্বগী থরাই মিরেন্‌
"হায়্‌বীযু কনা কনানো ঐবু হাৎপা
হায়্‌বীয়ু করি মরম্‌গীনো ঐবু হাৎপা।"

কনাম্নু থুম্লক্কে কনাম্নু ভাঙ্‌লক্কে হম্নফাও য়েংবিদে
অশিবগী রাবু অহিংবনা তাবরা
অশিবগী লোন্‌বু অহিংবনা খঙবরা ?

লোইরবা

শ্রীএলাংবম সোনামনি সিংহ আই এ এস (বাটায়ার্ড) মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফালদা পোকখি। ধনমঞ্জুরী কলেজ ইম্ফাল, প্রসিডেন্সি কলেজ কলিকতা অমদি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা তমখি।

খৃঃ ১৯৫৩ ইংদা ধনমঞ্জুরী কলেজগী প্রোফেসার ওইনা থবক ভৌরগা সিভিল সার্ভিসতা আই এ এস ওইনা খৃঃ ১৯৮৭ ইংদা সরকারগী থবক্তগী পোথাখি

ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা সমাজ সেবা অমসুং মনিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌজরকই। হৌজিক ফাওবদা যোঙলবা লাইরিক তরানিপান গুরে। মনিপুব ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং নেসনেল সাহিত্য একাদেমীগী সাহিত্যগী এৱার্ড ফংলবা অইবা অসি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনৈ। হৌজিক হৌজিক সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লি অমসুং মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালগী একজেক্যুটিভ বোর্ডকী অমদি ই জেদ সি সিগী মেম্বর ওইরি।

---